কোঙজবী :   বীমলা দেবী

মখ পুন্নমক অহৈবগীনি।

১বা খুনম  ১৯৬৫

২শুবা খুনম  ১৯৭৪

কপী মশীং—১০০০

মমল লুপা  ৪·৭৫

থংকম :   ইম্ফালগী  লাইরিক

য়োনবা  দুকানশিং

নম্বম :   ভাগ্যবতি কার্য্যালয়

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,

ইম্ফাল, মণিপুর।



কচ্চবি—

৺খুমন্থেম কাওমচা
পন্থোগী খুত্তা থাদা।

## বারীশিং ঃ

গৌহাটি ইউনিভরসিটিনা গৌহাটিদা লৈরিবৈগী মানি। হায়রিব মতম অসিদদি ইউনিভরসিটিগী ক্লাসশিং অসি কোতন কোলেজগী শঙশিংদা মায়হনা তৌরম্মী। ইউনিভরসিটি ছাত্রশিংগী হোষ্টেল লৈরমদে। খুরক্তা মীগী য়ুম ভাড়া তৌরগা পুল্লপ পুল্লপ পুনশিন্দুনা লৈনরম্মী। ঐহাক্তি অহুগুম্বা মকম অহ্ কাওবদা সিট ফংলমদে। উপাই লৈত্রহনা হোতেলদ লৈব তাখি। অস্থুম্না "গ্রাণ্ড" হোতেলদ চহি অমা হৌজিনখ্রে।

হোতেলদ লৈরগা লাইরিক তম্বা হায়বসি য়াম্না খুদোং চাগে, অসিগীম্ম মথক্তা, ঐনা লৈরম্বিবা হোতেল মখল অসিনম্ম থোইদোক্লা ঐগী লাইরিক তম্বাইবগী মাখলদা বৈরি ওইনা থোকখ্রে'। অয়বা ঈশিংবু নৈহনবদি অরুবা নত্তে, অমুক্তংবু নৈথ্রবদি লুহম্মবা হোৎনবদা লায়না থোক্তে। ঐগী মাখলদ নত্তবা মমি তারকপা থঙন থঙন থঙগলক্তে। তরুনা ভুংহনা লৈজরগা পুত্রীগী ঈশিংদো নৈরবা ঈচাউনা থুরারবগুম কদায়না ঐগী মাখলনো ? ইভোমত লেপচব ঙমখ্রে।

দেকানা নোংম মখোইদ চাককোহনা চারুই। মচনশিংনা তৌরবা সেবা মুংডাইবগী ঙমথে লৈতে। ঐনা থনখি—মুংডাইরব মুমদ কজম্বী মুপীগী নিংথিরবা সেবা ফংলবা মুপা অহনা ঙমলোইদব কয়ি লৈ। মখোইদগী হায়কপদা ঐনা দেকানা হায়খি—

"দেকা ঐদি নমদোনা মুমদ মরাম সেবা তৌবিহনা থম্বীরবদি [illegible] ক্লাস শোয়দনা ফংগনি।"

ঐগী ৱাসি তাবদা দেকানা কাক কাক নোকই; অদুগা ঐঙোন্দ ওনশিন্দুনা হায়রকই—

"অওইবরা?"

"শেন থানশি।"

"করা?"

"নংনা অপাম্বা শরুক।"

মায় মায় ওনশিন্নদুনা য়ুংখৎনরুরগা দেকানা দু হন্থখিদুনা—"শেন থানত্রবসু নপুক্লিনবু অদু য়ৌনা পায়বদি ঐ লৈরিদনা, নংনা হৈনগদবা য়ুমসি—" হায়রকপদা ঐনা ঙাইওমত্রদুনা—

"কদৌডে?"

"ঙাইখোনে, তপ্প খররগা থোকদবনি, ঐখোয়বু ঙাইহাক সিনেমা য়েংবা কাওবা হোল মুংঙাইবা খল্লিব নত্রাও?"

"সেটস্থ।"

"নং হরিপদ নিংশিংলিবরা? ক্লাসদ ইশৈকা শকপদো?"

"ও-ও সিল, হরিপদ সিল, মা কৈদৌগ্রে ক্লাসদা শুকউ উখিত্রেনা?"

"কলকাতাদ চংগ্রে হায়য়ে, অঙাওবা জাৎনি ঐঙোন্দ কাওবা তারুমদে।"

"ক্লাসদি তোক্লবা?"

"মাদি ইশৈনা মথরায়নি, কল্পাকায়নবু নংগী ক্লাস অসি কেয়ার তৌবী হায়ব্রাও?"

"হোয়নে হোয়নে মাগী ৱাদো তোক্লসি য়ুমগী ৱাদ চৎথসি।"

"হরিপদনা লৈরম্বা কাদো হৌজিক হাওলে, হয়েং চৎলুসি।"

"হৌজিক য়েংখোকলুবসি ঙসিগী সিনেমা ঐগী দায়িনি।"

"নংগী পনবু শল্লুববদি হেক্তা কুক কুক ইনশিল্লকপসিনবু।"

"আই আই, শাবিঙৈদা য়ৈহৌ হায়বা পাউরৌদো চুম্বদ নত্তে য়াম্না ক্য়াজাৎনি।"

"হোয়নে হোয়নে য়া অমগা প্রমানগা পাইহেপ হেক্ত তৌশিন-লকদনি।"

"হোৎলগী টৈক্সি পুসিরাও, কয়া লাপ্পা জাংনো?"

"খোঃনা হেক্তা চংলদৌনি, রাদনা মুংঙাইবা লৈব্রাও?"

"নংগী পাউরৌসি য়াম্নদি ফজব জাংনি, অচুদা মকম চাত্নগদি মুপীগী মনাতোন শুমাংদ থুংবা শমক্র তাচুনা তোকত্রা হায়রবনি?"

"নাতোন্দ থুংগে থুংসনু, মিত্তা থুংগে থুংসনু, ফজবা মীনবু তৌথোয়রক্রবদি ভনজনফমনি।" মতাং অসিদা ঐ মায়থীবে হায়বা য়ারচুনা মাগী মতুং ইল্লে।

সোরোনিয়া পাহাড়গী অরাংথংবা চীংখোঙ অচু তানা খোঙনা লাক্লে। টৈক্সি চঙবা য়াবা লম্বী নংলমত্রি; চানমারিদগী চীংখোঙ অসি তানা খা পাংনা হাইজিল্লকলিবা লম্বীনি নাকস অনিমক্তা লৌবুক্তি। পলটন বাজারগী লাওথ্রবা মকম অচুদগী মসি য়ৌরকপসিদি পুক্তিং অসি ইনৌ নৌই। চীংখোঙ অসিদ তারক্লিব য়ুম অসি পংয়াম য়ামদে। লৈরম্বীবা মওংসু লৌমীঙাক্তি। মরক অসিদা তিন্ন কুপ্প "এল" মওংগী য়ুম মচা অমা চীংখোঙ পক্তা লৈরবসিদি মতা অমা ওইনা ফজরে। "উ লৈতব লমদ কেগেন য়ুম্বী ওইনৈ" হায়রগুম্লচুনা, ইনা কুপ্পা মওং নাইদবা য়ুম ময়াম অসিগী মরক্তা তিন্ন কুপ্প অঙোব অমা য়াওবসিদি ফুরা দলান নত্রবসু লেন ওইরে। ইংখোলগী অকোয়বদা থারিব [illegible]মবলদো রাচেংনি। য়ুমগী অকোয়বদ থারমলিব লৈ মথা অচুনা য়ুমসু [illegible] ফজবা হায়বচু পামজবত নত্তনা খওসু খংডি হায়বা উংলি।

দেকানা মাও থাচুনা প্রপ প্রপ চঙত্রে, দারী ময়া অচুদা লেপ্তু[illegible] "ইচে ইচে" হায়চুনা কৌরুরে। মিচুংখোঙগী পর্দার অচু হাইদোক্লগা লিংথোরকপা মাইথোং অচু ওসি কাওবদ শং শং উরি, লিংশিংলুব নাইদন উরব মাইথোংনি, উথিনি। ময়েক শেংন য়াংলবা চিনবন্দো খজিক্তং লেওথিবগুমদ মতৌই, অচুবু ঐদি মোমোন নোকথোক্লুরে। ঐ নোক্কে থচুব নত্তে, ঐ নোক্লুরমাক্লে হায়ব কোম্না খওলকপনি।

"উদব কুইরে, কদায়দ চংলুই কাখৎলকউ।"

"সিদা লাকলিবনি" হায়রুনা কাখৎগ্রে, ঐস্লু মাগী মখুং ইন্দুনা প্রপ প্রপ চঙলে। মী কয়বা কা অদুদ মতোমত কয়ম্মী। দেকানা—"সিং বাবুনি ঐগা তম্মীনব," ঐঙোন্দমুক ওনশিন্নরুনা ' ইচেনি।" ঐনা খুৎ লোয়নুনা "নমস্তে" তৌই মাদি মখুত্ত মরোন্নে। হেক কমথবগ দেকানা—

"হরিপদনা লৈরম্বা কাদো মেনশিন্নসিদনা?"

য়ুম্বু অসিনা ঐঙোন্দ হাইকেৎ নোকই, ঐদি-থম্মোই য়োগ্রে মখোল থোক্তবতনি।

"মেন্নিংঙাইবু লৈরবরো?"

"লৈরভুনবু হায়রিবনে।"

"সিং বাবুরনে?" হেক হান্নরকপদ ঐ থম্মোই তিংতিং চোংই।

"ওইরেদনা।" দেকানা খুম্মী।

"ঐগীসিদ হৈবু হৈনপত্রনে?

"ইচেন চানবীব চানবীদবগী রাজনি।" ঐনা খুম্মী।

হৈমা! অসমীন্না খঙবোইরে।"

"হান্ন বাঙলা খর খর খঙৈজ, অসিদা চহি খর লৈজরবনিন রাহৈ অমা অনিদি খঙজরে।"

"কাছাড়দগীরো?"

' ঐ, মনিপুরদগীনি।"

' সিং বাবুসে ঐখোইদ কাদি ইকাইরিবনি হায়রুনা রারী শাবদ চিন রায়া লুপ্থনি, সিদদি মুংশিৎ লীক্রেনা।"

ঐ হাইকেৎ ইকাইরপ তৌই। ইচেনা—"হৈমা মমুমনবু ইকাই হায়বরাও" হায়রকপদুনা ঐস্লু হরাওবোই কব্রিবোই "হোয়নে" হায়দোক্লুরে। ঐ চুমত্ত হরাওব নত্তে লুতোল য়োগ্রবনি, ওসাইন হোজেলদগী ইগোং ইচৈ পুহনা লাকচরমগদৌবু, পঙথেদা, অস্নুয়া হতোন— নিন্দা তোরুরি। [illegible]া অসি নেপালি মুপামচা অমনা চা পুশিল্লকই। ঐনা চাহু ভাপ

ওক্লনা লৌরগ দেকাদ অহুদগী ইচেদ লানশিঙ্গি। ইচেদি [illegible] নোকখি, দেকাদি হৌহনা নোকথোরক্লে। সেকেও অমরোমমং [illegible]-চানরক্লগ ঐগ্ম ভাব ইতা তাদনা কাক কাক নোকই। ঐদি পুমতাও তাউক্লে। মথং অমুক্তা হোতেললদগী পোৎচৈ হোল্লক্লনা ঐগী কা অহুদা কম্মূং কাগ্লং শেমজিন শাজিনবা কাওবহ্ খুনবা ওমদব মওহ্ মওারক্লে।

অসুমা ইচেগীদা লৈরকপসি মুংঙাইবগী ওমথে লৈতে; চাষিতৈ, থকমিরৈ, কোরমিরৈ। য়ুমদগী অরোইবা চহিনি হারহুনা পৈশা পনখিবগা থারকপগা মাৱৈ। দেকানা পার্সেন্তেজগী রা পারকপদা ঐনা "বেরা লৈতে চহি অমগী এটেন্দেনসদি কেরানিদা লুপা ৫০ পীশিল্লগা কংগনি" হায়দোক্লই।

ইচেগী তোপ তোপ্পা মত থরদি লৈ, ঐনা থক খিজিন্নুদে মরমদি ঐগী তোঙানবা মত অমমুক লৈত্রে। ইচেগী অপাম্বদো ঐগীসু অপাম্বনি। মী কুওবা মরক্তা কুম্মৈ য়েংলুবা রাদে। কনা লুনা হায়নহুনসু নোং-মুংশিং মরক্তা য়ুমদগী মপান থোক্কে, মকোক্তা ঈশিং চোংবা রাম্মা হৈনদে। য়াওশঙ পেচকাগ্নী মুমিংতা মাগী কাদগী মপান থোকলক্কে। অতোপ্পা অমনা, ইচেগী ভুমবা কা ইরুজনকমগা কোরবহ্ রাম্মা চে[illegible]রে মী চওহন্দে, কদৌডৈদসু মিহুৎথোং হাংদোক্লগা ভুমদে। মরম [illegible]সিমক্তা মহাক অচিকপা অইংবা মকমসি থিহুনা মমুম শারবনি। [illegible]গী তোপ তোপ্পা শাজংশিং অসিবু ঐনা মগুণনি হায়না [illegible]। ইচেসি রাম্মা হৈনা কে, মহাকী মশম মশেম মতম অপুম্বদা হোংদে। শকী কজবদি নাতোন নম্বা মিৎ খুবা মকমদগী লাকপা ঐহাকী মকমদদি অমুক শন্দোক্তা হায়রুনিংঙাই লৈতে, ইচেনা কজবনা মহেল্লি।

ঐগী পুক্লিংদা পেঙ্গদবা মরম থরদি লৈ—ঐগী কজবদো মীনা উবিত্রবদি কায়বা লৈতে। ঐনা কোরথোকপদা লোয়নজরিবা [illegible]সে মরাম্মুর উহনীংঙি। মসি মহাকী রাখলগদি পুমওন ওরৈ, মাদি [illegible] মীনা উথিদনবা হোৎনৈ। মী উহন্নিংত্রবদি মাদি করিগী কেহি [illegible] শক্তা লৈত্তে তৌরি, অমুকসু শেমী? অমুকী চা থকনিঙ্গবা [illegible]

মিংথিরবা শক অছু অমুকস্থ শেমজিল্লগা থোরকই। অস্থক কুইনা লৈমিন্নরক্লবা কাওবসিদা নোংমতস্থ মহাক্কী লোইশিন থমজিন্দবা হকচাং, নিংথিনা লৈতেংদবা মায়থোং থেংনরক্তি। অতুদি মানা কেরিবসি মথন্তগীরা? মথন্তগী মশকপু মথন্তা য়েংজরগা পেঞ্জবা জাংলা? 'নর্সিসস' গুম মহাকস্থ মশাগী মশক্তবু মুংশিজরুরবরা? অমদি লৈ, মা ঐবুদি উহন্নীংঙি। ঐনা চংথোকলমদাইদা নংহৌরোইদবা মতাগুম প্রপ প্রপ কেরগা ঐগী কাদা নত্রগা মাঙোলদা ফম্বা তোক্তে। মহাক মতোমতা চথোক্তে। কুম্মি য়েংলুদৌগুম শেম শারগা ঐবু উহনবা নোংমতা কাংদে। ঐগী থৌরাংলবা থম্মোয়না মিতাববু উরগা মহাক্কী মায়থোং মকালম্মী। অতুনদি মানা ঐবু মুংশিরে। রাখল অসিদনি ঐনা ঐবু কাউরিবা। অতুদা ঐনা মুংভাইতবা অমনা মাগী তুমকম কাদা চঙহন্নীংদবা মতৌসিনি। মৈতৈ কাংথল অশিঙবা অমা ঐনা পীবদো খনবিবা মুমিত্তা চঙলুবা অছুদগী হেন্না মাগী কাদা খোং থাংজিল্লুদ্রি। ঐনা পামজরুবননি রাশি হেনখিবনা মহাক্কী মখুং ফাওবা নোংমতা শোক্লুবা ভমদ্রি। ঐ পাংমন্দে খনবনা থম্মোয় লাইনা ওইগদৌরে। নোংমদি খুবাক মরি য়েংনবা লাইরিক অমা লৈতুনা পারে। ইচেদা খুবাক মরি অংবিগে হায়তুনা মখুং অনিমক পায়রে। অস্থনা ইবুদ্ধিনা লৌশিং তৌতুনা মখুং মখৈদি পায়বা কংলে। ওম্মোকপনি! মখুং পায়বা কংলুবা অসিনা মৈ শুমরা শীঙদা কামথংলুবগুম খোকপ্রে, থৌরাংলবা থম্মোয়দা মৈরি খোক্লা চাকখংলক্লে। ঐগী মিত্তা, ঐগী রাঙাং খুদিংদা থোরক্লিবা মৈরি অছু উবা উরগা মহাক্তি অহোইনতুম ঘী হৈজিল্লরি। করম তৌরগা মহাক্কী চেকশিল্লবা কা অসি নমথেকশিগে হায়বা রাখল অসিনা থম্মোয়দা নৈবা হৌরক্লে।

ওন্নাং-থাগী খোইশাউনরবা মতমনি। চীরু ইংলবা চীংথোঙ অসি কাওবা কালেনগী মৈশা কাওরক্লে। অহিং তংখায় মাঙোলদা হকচীক লাংনরি। ইচেগা বাহাদুরগদি (নেপালিমুপামচা) হকচীক লাংলম্নগা তুম্বা চঙনগ্রে। ঐগী মুগী মৈশাদি অহিং থেংলক থেংলক্লপা ইচীক

হুল্লক হুল্লক্রগা মৈচাক কবা হেক্‌ংলক্লি। ঐগী থম্মোয় চপ মুংখ্রে, অক কন্না রাখল চওলক্কে, লম্বীদা লৈবা অশনবা খিবিক ফুক্তোক্লগে নীঙলে।

কত্তবা লম্বীদি থিরুবদা কদবা লৈতে। নোংমা গজাগুম্বা ময়াই কাবা মৈতৈগী হিদাক অশুবা মানবা "মোদোক" থেনরুরে, তোলা অমা লৈরক্লে। মুমিদাংগী চাক তোক্লগা বাহাদুরদা ভুম্বা মুংঙাইনবা হিদাক্লি হায়দুনা পীজরে। অহিং অসিদি বাহাদুর হকচীক লাংবা য়াওদ্রে। থৌরাং অসিমদি মতৈ য়াল্লে। ইচেদি মুতিগুম হকচীক লংলি। অওকপনি! অরানবা হায়বসিনা শোল্লীবসি ওসিদি ঐগাক মহাকী মনাক ফাওবা নকশিন্নবা কমু্বা ওমদ্রে। থওলে মায়োক্লবা লানফমদা ঐ মারথিরে, অদুনদি হুরান ল'ম্নাগী লম্বীদা মওায়রে। নোংখায় মতুং য়ৌরক্লে, ইচেদি ভুমু্রনি হায়দুনা চওথ্রে। "বাহাদুরদো ভুমথ্রমাল্লে ময়ায় কাসি থোও খরা লোনশিনবিরম্মু" হ'য়রম্মী। চাক চাফম ওইনরিবা ময়ায় কাসি ইফাও ফাওনৈ। ইচেগী ভুক্ষম কাদি মপাল্দা থোও পাল্দে, ময়ায় কা অসোমদা থোকই। বাহাদুরনা থোও লোন থোৎপা লোইরগা ঐগী কারোমদা থোক্লে। ইচে চংখিবা ফনা কুইথ্রে ঐহাক্তি উংজা পুরি। খল্লেমথৈ থল্লুবগা খনফম থোক্লুদুনা চৌগৎলে, ময়ায় কাগী থোওজাও পৌরোন থাজিল্লে। ঐগী কারোমদা চওলিবোই নীংই অদুবু ঐদি মপান-লোমদা হাইবা মনুংলোমদগী লোল্লবা থোও অদুদা নম্মুরে, "ক্রোক" লাউবা মখোল অমনা বৎত্র তাবগুম খেকথথ্রে, লরাই শম চপ চপ মুংঙি, কপলাক থক থক নীকই, ফক্লাংদা নপশিন্দুনা ইচে হৌগৎলকখ্রা হায়দুনা তায়, হৌগৎলক্কে। তপ্না থোও অদু মারুববু হাইদোরক্লে কপলাক্তি নীকলি অদুবু থোওদি তপ্না তপ্না থাজিনখ্রে, কম্মুং ময়াদা টেবলদা পিক্ল লৈথদুনা থল্লীবা টেবল লেম্প অদুগী মনা পায়রুরে। লৈথখ্রা? লৈথংকখ্রা? করিগুম্বা অমম্বদা থদুনা লাউরকপা থোকসবদি রাথোক ওইনরনি, অওানবদা মানা উররুবসু ইকায়বনা হানখ্রগনি, মুমসিদা অমুক পম্বরা ওন্নরোই, অদুবু মতম চওনা লৈখোও শোফজখিবা লৈপাল অদুনা লৈশাৎ তম্নবদা চিনজবা ফংখ্রবনি ঐগী করি অমুক কায়রি? মিকুপসিদা

মনুংদা ঐনা খনবিবা রাখল করম্না থারুবা ভমগনি। মুংলমদার মৈরিনা খংঙাল ভারবগুম অরোইবা পাজল ফাওরক্লে ; মিকুপ অমগী মনুংদা কা অসি পুমঙান ভানথ্রে—তপ্পা তপ্প' কাংখল মপান্দু শস্তোক্লে, থিংগৎলম্বা খর ফুইনা ফুইনা হোল্লক্লে, খজিন্দা হুল্লিবা মিছল শুকথোলগুম হৌরক্লে, নীরুবা খুং অহুনা কাংখল অহু খজিক খজিক হাইদে.কুনা মমার মপাহু হেক য়ৌরুবদা কোকচাউবী ফু: কাথ্রে ! খুত্তগী কাংখল নাম্থোকখিবা খঙহৌদে। হুম্বুরকপদা কাংখল মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্লে। উরুবহু থাজদ্রহুনা অমুক খুং অনিনা কাংখল মমায়হু নাম্বা নাম্বা পারহুনা পুমহাই হাইদোক্লে চুম্লে উতুপ তাবগুম ভূমথুল হুল্লিবসি ইচেনি, মহাকী হৈনা শেম্লবা শম অহু মোন নাকলদা চেকশিন্না পুল্লপ খল্লি, মহাকী মশম মনা অমত্তা পাদ্রবা কোক অহুনা মৈভালদা লংলবা ভুম্বাগুম মোন মথক্তা তারি, খঙহৌদনা ঐগী থম্মোইদা নৈরম্ব' নো লৈ মুংশিং নেমথ্রে, ঐগী রাখল অতোপ্পা সংসার অমদা তাউথ্রে ; মাংদা লোংনা তারিবা শরু মপুন অহু উরগা মিৎলুদগী থাম্বা নংহৌদ্রবা পি মতুম অনিদং লৈমারদা তাখি।

# পুথ্রী মচা

খ্রাইস্তমবন্দ কৈথেলদগী য়েংথোরকপদা উৎরিবা চেক্লী থোং নম্বোনবী অসি লাম্বোক্লগা নোংচুপ পাংনা ইরাউ রাউনা লেংঙম শানভমদনা হাইথথ্রিবা লমজাও অসিদা থরা চৎলগা পোংনাং পাম্বী অচোবা অনিগী মরক্তা থুপভুনা মীনা উখিনি মতাগুম থংথেক থেকচিন্দুনা মথা পাংনা হাইজিনথ্রিবা লম্বী মচা অসিদা চংলগা অহাংবা হংথোল মচেৎ অমদা পুথ্রী মচা অমথক লৈ।

মীনা শিজিন্নবিত্রব ওইবনা পুথ্রী অত্থু ফুম্না কুপশিনখিহনা অহিংদদি লৈতেম মান্নরবা লম্পাক মচা অমগুম উই। অথেঙবা অহিংদা অঙাং কপ্পগী মথোল হেক হেক তাম্ন হায়নো মফম অসিরাইগী মীশিংনা কিনৈ। কনাগুম্বনা অহিঙ থেংনা হল্লকপদা হুপ মনাশিং অত্থু ফেরে ফেরে হাইরকই অস্থম অস্থম রাংথংলকই হায়। কনাগুম্বী কৈথেল কুথৌনা নাইতোম তাংহৌবা তাল্লক্তা "মপা অসিদা ফিজিদা রাল্লকই, পাখংহন্না লাউবদা মাঙথোকত্রে"। অস্থুম্না পুথ্রী মচা অসিবু লাই তমনৈ হায়নৈ। মনাক্তা মী চংনদে। থামম্বা অহিংদা, নোংথী নোংমংবা মতমদা থোইগোক্লা কিনৈ। ' লৈকাই অসিগী কোল লিক পোংচৈ মপান্দা চিংথহৌবা থিবিক অত্থু নোংঙাল্লকপদা লৈরুমত্রবদি পুথ্রী মচাগী লাইনা চেনখ্রবনি হায়না ঙাংনৈ থক খিনরুদে। ভপেংনমক অহিংদা মী থোকই হায়হুনা পুথ্রী অসিবু কন্না ঙাংনৈ।

লাইকম কল্লী হায়রিবা পুথ্রী মচা অসে ঙসিদি পাখং মচা মরাপ্পা কোয়শিনখ্রে। মথোইগী মতৌ অসিবু অমলাই কিত্ররবা? অমলাই

শী-নম্বিবা হায়বচরা? নত্রগা মপোৎ মচে চেনখি চায়বহৃদা শাউরহুনা চংহুনা লমন খুম্লসি হায়নত্রা? অহুবু মখোই ময়ামগী ময়ক্তা অশাউবগী খককম পুবা, লমন খুমনিংবনা লাংতক্লয়বা মাইখোং অমতন্থ উদে। মখোই ওয়মক হয়াউ তয়াম্না উরি। (লৈবাক নিংতমলে হায়হুনা মখোইস্থ মনিং তৌরিত্রা। মখোইগীসি অতৈ নত্রে পুত্রী শেংলিবনি। ওসি অসি জাতিগী লু-হেনবা মুমিংনি।) (ও! অন্ধবিশ্বাসকি থারবা কুয়োম ওম্না কেন-থ্রবোইদো। কদায় পুত্রী মচাগী লাইদি, লৈকাইগী পোৎ চেনশিনবা ওমলবোইদো মকোল থুগাইবিরবনা, অমম অথেওদা তম্নবা য়াবয়োইদো ইয়ং লংনা কোক্লবনিনা। ময়াম্না হঙোইবিরম্লবা, তাথিনা কিবিরম্নবা তোংঙাম্না খন্দোকহুনা শম্নবিরমত্রবা হে পুত্রীমচা নহাক্তীস্থ মতম শুয়বোইদো।)

চহি কয়ামরুমগী মমাংগী য়ানি।

(পুত্রী মচা অসিগী মনাক্তা মল্লবা শঙ অমদা লুথ্রাবী মমা মচা লৈরম্মী। মচা মুপা অসি পুংকক চাউরে, মমাম্নবা ময়ামগী-ময়ক্তা চেন চোংহুনা শায়জরে। মমা অসিনা লৈকাইদা কৌঙু লংবা কোয়না চৎচক্লগা পুশিনজয়কপা খয় অহুনা মগাগী মপুক থম্নবা য়ানা হোৎনজে। মচানা কাংদোং ফারগা অয়াবা শরুক কোকলগনি হায়বা য়াখল অসিতনা মমা অসে চরা তেল্লবা কাওবদা চোকথবা খঙলমদে।)

নোংমদি অঙাং ময়াম অহুনা ফিবুল হাবি শাম্নবদা লুথ্রাবী মচা ওসিবুদি মপাঙল শোম্নী শগোল শাবা ওমদে হায়হুনা য়াওহনবিত্রে। মমাম্নবা ময়াম্না শাম্নবহু য়েংলগা অঙাং অসে মখয়াই মুংঙাইরক্তে। "নখোইদি কৈদৌনা কল্লীনো?" হায়হুনা হংলুই। অহুদা অমনা "ঐখোইগীদি ইনাক য়াম্না থুল্লী, ইমানা মুংতিজাইগী শঙোম য়াম্না পিথকই অহুনা কল্লিনে, নখোইগীদি ইনাকস্থ থুন্দে, নফি কাস্থ য়াম্না লৈতে নমানা শঙোমস্থ পিথক্তে, নংদি শোনমল্লি শগোল শাবস্থ ওমদে" "অহু ওইয়দি ঐস্থ শঙোম থকউনি" হায়হুনা অঙাং অসে ময়ুমদা চেনত্রে। ময়ুম অহুদা মমা হল্লকপা ঙাইহুনা লৈত্রে। সন্ধ্যা ওইম্নকপা মতম

অহুদা নুপ্রাম্বী অসে লৈকাইগী কৌশু-লংচুরে হায়রগা চদোল হাই-দোরকপা থরদো কিজিদা য়োমলহুনা মন্নমদা প্রপ প্রপ হনজিল্লরকই। মমা হেক উবগা হোংচিনখিহুনা “ইমা শঙোম পিয়ু শঙোম পিয়ু” হায়হুনা হেক য়াৱৈ অহুগা মমান্নবশিংনা হায়রকপা য়াহু অমত্তা চিংথদনা হেক তম্মী, লোইবগা “ইমা ঐখোইগীবু ইনাক খুম্ত্রনে?” “কনানা খুন্দে হায়রিবনোনে ইচাবু, মখোইনা থংদহুনা তৌরিবনি ইচাগীস্থ ইমানা য়াম্না থগ্গীরি, মখোইগীদি পিকলিঙৈদা শেংতোক্লবনিনা হয়েং চাউরগা শেংনবা লৈরম্রোই, নংগীদি হয়েং চাউরগা শেংনবা ইমানা অচৌ অচৌবা য়াম্না থমজিনবিরি” অসি হেক তাবদা অঙাং অসিনা, “ঐ অমুক্তা য়েংগে অমুক্তা য়েংগে” হায়রহুনা ফ্রং ফ্রং চোংলে। ওস্থোকপনি ফগদ্রা হায়হুনা হায়রুববু য়া পুংথবা ওইনা থোকত্রে। লাইররবীনি, করিস্থ লৈত্রবীনি হায়হুনস্থ মমা ওইবীগী থম্মোই অহুদি মচাগী মফমদদি য়াংপা নত্তবনিনা মচাহুবু কপ্তনবা থেম্বা লাক্লজে। য়ারক্ত্রবদা অতৈ উপাই লৈজহুনা হায়রকই ‘নংগী নপোং নচৈ নফি নরোলদো নংনা চাউত্রিঙৈদনে হুরানবনা হুখিবা ঙমদনবা ইমানা ঐখোইগী পুথ্রীসে অসিগীনে আ মন্নুংদা পৌরোল চেংনা লোনশিন্দুনা থম্লিবনে মীঙোন্দা ভাকংথোকউম্নু, ইমানা হৌজিক নংগী শঙোম লৌথোকপিক্লরগে কপলস্থ ঐখোইনি চাকস্থ থোংলসি” অসি হায়রহুনা মৈ হৌগংলম্নগা চেনজামুক্তা ঙসাইগী চদোল থর অহু হাপলহুনা নুং তেঙ্গোং-ভুমগা পুথ্রীদা কুমত্রে।

ঙসাইদি ইহাও হাঙনা পুখিবা নুং তেঙ্গোংতো পুথ্রীদগী কারকপদদি শঙোম্না পিক থম্না য়াওরক্লে। নুং তেঙ্গোং অহুদা ঙৌরোক ঙৌনা য়াওরকপহু উবদা অঙাং অহু হয়াওবনা থম থেংত্রে। হোংচিন্দুনা শঙোম থকলিবনি হায়হুনা হাউনা থকই। মহু য়েংলগা মমাগী মিংলুদগী পি মভুম অনিদং থাম্বা নংহৌদহুনা মচাগী লৌয়াইদা ভপ ভপ ভাথি। “ঐস্থ হয়েংদি শগোল শাবা ওমনিকো ইমা” হায়রহুনা ফল ফল চোংই মমাদা হেক কোল্লি। “ইমা ঐ কদৌঙৈ চাউনি, ঐগী কিরিংহু য়াম্না শাংবম্না” মমাগী মনমদা কোলহুনা ত্রেং ত্রেং ভাংই। ঙসি অঙাং অসিনা হয়াওরিবা

মতৌ অসিগুম্না কন্নিগুম্বা মুমিং অমত্তদস্থ মমা লুপ্রাবী অসিনা উজবা কংখিজ্রি।

'চাক চামিন্নরহুনা মমা মচা তুম্মীন্নখ্রে। নোং ভান্নক্রে; উচেক্না চিবোন চিবোন ভাংনরক্রে। লুপ্রাবীসিনা মীকপ থোকনক্কপদদি মচাম্থ হৌগংখিরমলে।/ "অম্থপ ওম্না কনাদা শাম্নক[illegible] চম্না রান-থোককেদি হায়রম্রহুনা" হায়রহুনা কোয়কৌ কৌয়ে, তাত্রে। চংহুনা লৈকায় ম্থুমখোং থৈন্না থিরুরে কংত্রে। অঙাং মাংখরে হায়হুনা লৈকায় চ হুনা থিরে। লাইনা চেনগ্রবনি হায়হুনা পুং মাংগং য়ৈহুনা মোইবুং থোংহুনা পুমনিল নিল্লে।' লুপ্রাবী মচা থোয়কপা কৌবতা মহৈখিজ্রে।

মমানা অম্থম রাখল তৌরকপদা ওন্নাং মহাক্না পুম্রী মখাদা মচাগী মপোং-মচৈ থম্বীরি হায়খিবদো নিংশিংলক্রে। লুপ্রাবী লুত্তোন শাংগ্রে। "ইচাদি মাঙলেদনা ইমাগী ইবুংঙো" লাউরহুনা হোংখখিবদদি অঙাংদো থোংগ্রা মখাদা তাউহুনা লৈরমলে।

# ইচা

উন্দবা উনিংবা চংন্দুত্রিবা চৎনিংবা ইনখৎলকলিবা নহাপী হৌনশা ওইরমান্নে, ধনমঞ্জুরি কোলেজদা বি, কোম, ক্লাস লৈরমদবা অসিদি ঐঙোন্নদি ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা মাপ্পরে হায়রবত্নি। ঐনা মনিপুর রাংম লাপ্পা চৎপসি ইং ১৯৫৪ দনি গৌহাটি ইউনিভরসিটি অন্দর-গ্রেজুয়েৎ ক্লাসেসদা বি, কোম তম্বা চংপনি। পুন্সিদা রেল গাড়ী সিনেমাদা নত্তুনা উরক্তি্রবা ঐনা রেল গাড়ী তোংহুনা চৎপহৃদি মঙগুম্মী। গৌহাটি ষ্টেসন্দা রেল হেক থাম্বগা মজদুর অমনা কৎ কাথৎলক্লুনা ঐঙোন্নকা হংলমদনা ঐগী বেদিংহু তাপ লাক্লুনা হাইগৎখিবহৃদি ঐ নিংদোল পিং পিং চোংডি "অতৈ পোৎচৈদি বাবু" হায়রকপদা ঐ ভাব থংভা হেক তাই। "অতৈ রাওদে সুট কেশ অসিমগনা লৌইরে" হায়হুনা মঙোন্দা পি। ঐবু কন্দাইদা চৎকগৌরিবনো ককা হংবা তৌদে মানা মাং থাহুনা প্রপ প্রপ চংখ্রে ঐনা মতুং ইম্মরে। মতম অসি নোংদি ঙাপ্নে অঙনবা অমুক হায়ব তাই। লৈকংদা রাংনা শারিবা উপাকী থোং অহু কাথৎহুনা লাম্বোক্লে হায়রগা জিথনা কুপ্পা ইশাং শাংবা শঙ অমনবহু তম্মা চংখ্রে। ঐনা কন্দায়দা পুরিবনো হায়হুনা লাউবদা "শিলংগী টিকেৎ লৌগদবা নত্রা বাবু" হায়রকই। ঐনা নত্তে মনিপুরী বক্তিজনি হায়রবহৃদা রিক্সা অমা চংলকলে মজদুর অহুনা মাপী কোকথোংহু রিক্সা মথক্তা থারে ঐস্ন কাথংলে ফুরিথ।উদপী মখায় ময়েক অমা পুথোক্লুনা পিরে মহু লৌশিন্নগা "বাবু বকসিশ" হায়হুনা মখুৎ অমুকস্থ তিংথোয়রকই।

নাকলদগী চুরুট পানা য়োল্লিবা মুপা অহুনা "করি. অমুক য়াম্না ৰংল-বমক্তদা" হায়রুনা লাউরকপত্বদা রিক্সাত্থ থোরে মথোই অনি লাউনহুনা লৈহোরে। অম্রম্না শিল, বোডতা মনিপুরী বস্তি তানা লাকপসি পলটন্ বাজার লাম্হোরক্লগদি শরকী নাকস অনিমক্তা পাংথি কোমথি ঙাক্তা ঙায়রম্মী। মনিপুর। রাজবারি মপাদা মুপা অহুম মরি মম্না শেংহুনা লৈরম্মী, মথোই মরক্তদা অ্‌ বস্ত য়াওরম্মে ঐনা "তামুবা" হায়হুনা কৌবত্বদা 'হৈ। নং লাক্রবোরে ফরে ফরে" হায়হুনা রিক্সাত্থ রাজবারি চংবা লম্বীত্বদা চংঙু হাণ্ণহুনা চংহল্লে ঐস্থ কুমথহুনা তামুবগা চংমিন্নরে। খর চংশিন্নগা পক্তা গুহা লৈরিত্বগী মনাক্তা থোঙ্গাল অরাং ওন্না কাংপা ঈগী য়ুম মচা অহুদা চংলে। রিক্সাগাত্থ তামুবনা তৌনহুনা থাদোকখ্রে। মতম অসি মনিপুরী বস্তিদা য়ুম পংয়াম য়ামলমখ্রি। তামুবনা আসামদা লৌই হায়বা ইতৈমত্থ ওইরমাল্লে ঙৌরোক ঙৌ, ইতেন তেন, তিক তিক লাউরহুনা থোরকই। 'ঐখোই অঙাং অমা বি. কোম, বি, এ, তম্বা লাকনি হায়রহুনি চা ককাত্থ তেবো ঈশিংগা খর পিথ্রসে পোংচৈ সি তম্বা লোইশিনসি" হায়রম্নগা তামুবা গুহাদা চংখ্রে। তামুবসি ঐখোই লৈকাইগী ড্রাইভরনি. আসামদা চংখিবা চহি তরেৎ নিপার্ল লোম শুখ্রে। ইতৈমসি রা ঙাংদে ঐবুদি য়াম্না কোইনা তৌই। 'ইবুঙ্গো চা লোঁরো মুরি চাবা হৈনব্রা" হায়হুনা প্লেৎ অমদা মুরিত্থ পিক থম্না পুথোরকই। ইতৈমগী খোন্দাত্থ মতোল লোইশিনবদা থৈরপ চায়। তামুবগী য়ুম অসি মৈতৈ য়ুমজাও লাইখল তাবিনি পিকতি পিকই। লুখুম কা অহুদা ককলোংনা খাজিন্দুনা ঐগী কা ওইরে। চাকশঙ তোংঙান্দে। ঐনা থুংঙবা মুমিৎ অসিমদি ফজনা পোৎথারগে হায়রহুনা ঐ চৎথোক্লে। অমুক্ত কা থাজিন, খো·চিন, পোৎ লোংথোক লোইশিন খর তৌবহুদা রায়হুনা চাকচা তোকপগা ঐদি ৰুম্মুংদা ঙাইহাক পোৎথাবদগী অহুম নাখোক্তুনা তুম্নবমাল্লে মিকপ থোরকপদা মাংগোলদ মৌ লৈশাবীনা পিক থম্নম্রে। মথোই ঐবু য়েংবা লাকলিবনি হায়রে। মতম অহুদা ইস্কালদগী ছাত্র ংলিবসি মৌ অনৌবী য়েংবগুম য়েংনরম্মী। ঐ হৈনজহুনা কি

শেংচিল্লগা অহুম থোরক্লে। মথং নুমিংতা মিং চল্লহুনা ক্লাস হাওরে'
বি কোম ক্লাসসি কোংতোন কোলেজগী নিয়ু আর্টস বিল্ডিংদা অহুগা
ওনসনচিংবা শরুক থম্‌না ডোন বোস্কোগী বিল্ডিংদা তৌরম্মী। অমসু
...মদাংদা অম্বনি। অহুনা অযুক নুংথিলদি য়ুমদ লৈরগা নুমিদাংরাইরম
মীনা কে য়থোক্লরকপা মতম অসিদা ঐথোকদি ক্লাস কম্না তৌরি।

নোংমদি নুংথিল চাকচা তোক্লকপদা ডায়রিইডগা (পুলিশ) রিজার্ভ-তগীনি হায়রহুনা লৈশাবী অমনা লাইরিক অমা পায়রহুনা বক্তিগী লৈশাবী অনিগা মৌ অমগা ইমুং চংলক্লে। মৌ অহুনা ইশম শম্না ঐডোন্দা "ইবুংডো লাইবিকসি ডগাক্না পাবিয়ু ঐংথাই তাগে" হায়রহুনা ঐবু থুদাং পায়হুনা মাংগোন্দা চিংথোক্লে। ঐদি ইডক ভক্লহুনা ইমুংগী ইতৈমদা যেংলি। ইতৈমনা "মতেক খিংতং হেক পাথোকপিয়ু" হায়রকই। লৈশাবীশিং অহুনা "য়াদে য়াদে লোইনা পাদৌনি।" ঐ লাইরিকু লৌহুনা কমলে মথোইসু ঐগী মাংদা পুত্রপ কম্মী। ইতৈমনা "ঐথোই ইবুংডোদা লাইরিক পাহনবগী করি করি পিজবা মথৌ তাবনি। রিজার্ভ (পুলিশ) তগী লৈশাবীহুনা পুরকই পুরকও হায়রহুনা মফি মমুংদগী চন্দ্রা খাউ অমা পুথোরক্লুনা ইতৈমগা মথোই অনি চহুনা হৈ মহি শেমগ্রে। লাইরিক অহুনা ডঃ কমলগী "মাধবী" ওইরম্মে। মৌ অহুনা মকোক্তগী পাউ হায়রহুনা ম.কাক্তগী পাথরে। হৈ মহি কাহু থক্লহুনা ঐসু তল্লম্বদগী নুংডাইবরোমদ ওম্মরক্লে। ওম্মোকপা হায়বহুনি নুংথিল নুংথিলসি মথোই লাক্তবদি ঐ লৈকম থংদবগুম তৌরক্লে। লৈশাবী অহুম অহুসু মিংতা নাতা মতা অমা তৌই ঐসু মথোই অহুম্মক অহু ঐগী চান্নবী ওইনা লৌরি, অমবু থোইদোক্না পামশিল্লুবা তৌদে।

নোংমদি রিজার্ভ (পুলিশ) তগী লৈশাবী অহুনা হৌরক্লুনা ঐনে মানে ইতৈমনে সিনেমা য়েংঙুরে। সিনেমা লোইরগা মথোইদা চংলুথিসি হায়রহুনা চংলুই। গৌহাটি রিজার্ভ পুলিশ ক.টরদনি সিনেমা হোলগদি অহুম লৈমিন্নরে হায়রবা য়াই। চেক্কী য়ুম কা অহুম অহুদা চিল্লবসু চিল্লা তক্ল তক্ল লৈরম্মী। মমানা তন্নাম তন্নাম তৌরম্মী ঐবু হায়না থংবী

তাবত্তা বাগী তৌরকই। মথোই শিলচরদগীনি লৈশাবী অসিগী মপাহ্ন এ এস, আই নি হায়। হেজিন্না হায়জিনবরা কৈনো খংদে, মাদি লৈব্রমদে। মথোইদগী হল্লকপদা ঐগী রাখলসি ঈবৈদা ভাউথরকপা কৌশিংনা ছিদেন অমদা লৈশিন্দুনা লৈবায়দা ভাদূনা পোংখাবগুম তৌই। মমানা ঐবু মরক মরক্তা চংথোরকউ হায়বহ্ হৈনজবা ঈশৈগী স্বর ঙংবগুম খল্লুবা লৈতনা হেক্তা নিংশিংত্তি।

তামুবদি গাড়ী চংখিবনা লুমিং মঙা তরুক্লি কাওবগা হল্লক্তে। ইতৈমগা ঐখোই অনিদা য়ুম্ শঙ্হৌই। ঐগী ক্লাসনদি ,মুংদাংদনিনা হল্লকপদা পুং ৯॥ কা য়ৌবস্থ য়াওই, ইতৈমনা মতোমতা চাবা মুংঙাইতে হায়হুনা ঐ লাক্ত্রিবা কাও হেক্ হেক্ ঙাইরম্মী। অস্থুম্না নোংম পুং ৯॥ য়োম তাবা মতমদা ক্লাসতগী হল্লক্পদা ইতৈমগা বস্তিগী মৌ অহুগা রাগী শাহুনা লৈরম্মী। মৌ অহুনা "কদাই কোয়রুবে হৌজিক্ কাওববু তম্মে হায়বরা নখোইগী লাইব্রিকুবু, ঙসিদি ঐখোইদা চাক্ চারুসি ওসাই ঙা অচৌবা অমা থেংনহুনা লৈরকপনি য়াম্‌থ্র, নতৈঃস্থ চারুসি হায়বনি মঃদি চাথোকউরে হায়রে" অস্থুম্না মখস্তা নরি মরি শম্লবমথৈ ঙাংলহুনা লালটেন পায়হুনা ঙাইরে। ঐস্ত খর মীঙ্মদবা ওইনা তৌরহুনা লৈথোকপা ঙমত্রে, ফি হোংদোক্লগা অহুম্ চংলে। মৌ অসিদি মনিপুরদগী ওইরম্মে, ফি হনগৎ হন্দা পুহুনা ললোনবা জাংনি, পৈশাগস্থ মরাং কায়না পিজিরবা মাল্লি। কৈনা শাবা শঙ্ মগ্য অহুদা কা অমনা চাকশঙ ওইরগা কা অচৌবা অহুনা ফি মল্লামস্থ পৈ, মাগী কম্মুংস্থ থাই। তেবল মচা অমদা ফুল গ্লাসকা থম্লহুনা য়েংবদা মতৌ অমা মাল্লি চৌকিদি য়াওদে। "কম্মু'দা কম্মু হংগোইকস্থ' হায় ঐনা মোরাহ্ চিংথোক্লুনা কম্মী। চাক্ কম্মাংদা পুথোরক্লে, মায় মার ওনশিম্লহুনা চারে। চাকচা তোক্লহুনা মোরাদা কমলে।

"কমুংদা পোংথাগে হায়রবস্থ য়ানি হংগোইকস্থ।"

"মুম মুংঙাইজরে, ইতৈমা।"

হায়রিবা মতমসি পুংদি তন্নামাথোইরোম তাগদোরে মানা কোন দিক শেংজিন খোংচিন্নিডৈগা চংগা কজদে হায়রিনা ঐস্ত ভাইহাক পম্বুরে। মহাক মথুং মশা শেংদোক খোংডোকপা লোইয়রূনা কম্যুদা মখোং যাম্বত্নুনা কম্নরে। ঐস্ত চংলগে হায়রুনা হৌগৎপদা, ভাইখো চাবা তুন্নবা হৈ থকখো হায়রূনা চন্দ্রা মহি গ্লাস অমমম শেন্নহুনা থক্লে। নোংমার মৌশিন্নক্লে ঐনা চংলগে হায়রে।

"খেংস্ত থেংলে লেকত্রোদনা।"

"ইতৈমা মথন্তা লৈগৌই মুংভাইরোই।"

"নমাক লাকত্রিডৈদদি মথন্তা অহিং লৈবা ডম্নগা হৌজিক্তি কি হাযরনে?"

"হুঁ ঐ লৈন লৈন কজদেদন।"

"কনে কনে নতৈমহু অচক হাম্না কিয়বদি থিনবিয়গে" হায়রহুনা লালটেন পাযহুনা থেংজ ল কাওবা থিনবিরম্রে। ইতৈম তুম্নমত্রি ঐগীকাদ কমহুনা লৈরম্মী

"কৈদোরে অসুক কুইরকইবদি?"

"ইতৈমনা হৈ মহিকা থকখিসি হায়হুনা লৈথোরক্লবা" অহুম্না অচুম্বা অহু অচুম মখুম্মী। মথং মুংখিদহু বস্তিগী মৌহু লাক্লে, মাদোল হেক কাথৎপগা ইতৈমদা কৌহুনা 'ইবেম্মা, ইবেম্মগী অভাং অসিদি কজনা শিকার তম্বীরেদনা।"

'কৈমোনে ইচেনা হায়রিহুবো?"

"কাগি তৌবনিদা, কা লৈরমদ্রে নংগী লৈত্রা, চাসি পুথোরকউ".

কা পুথোকুনা মথোই অনি চামিন্নৈ, ঐগীস্ত মতপ অমা পিরকই। মৌ অহুনা দ্রো দ্রো দ্রো দ্রো রারিনি হায়হুনা পংশাদ শাই।

নোংমদি ঐহাক ক্লাস থর ভম্না লোইরহুনা রিজার্ভ (পুলিশ) তা হাই-জিন্দুনা লৈশাবীখোইগীদা ফম্নুরে। চা থকুনা রারি অহুম শাবদগী চাক থজিত্তং চাথিদবা যাজ্রে হায়রহুনা চাথোরক্লে। মুনিদাং পুং ১১ রোম য়োথোকখ্রে। হন্নকপদা ইতৈমনা "হৌজিক কাওবনু লাইরিকতম কাত্রা?"

"মিজার্ভতা ( পুলিশ ) হাইজিল্লুবদা য়াম্রহনা চাক চাথোর্কুবা" "মীগীদা চাক চাবকা য়াম্না হৈরক্লেনা." হায়রহনা মোমোন তৌই, ঐসু ইকায়রপ তৌনা "ঐদি চাজ:য়াই হায়বনি অহুগা……" ইতৈমনা মথা শমজিন্নুনা "অহুদা মখোইনা নমহনা হেক্তা চিংশিনবনিনে, কৈনে কৈনে মীনা হায়জবসু খর খর য়াবিব কৈ।" ঐ খুমন্ন কি হোদোক্লগা অহুমক ভুমলে। ঐনা কন্না ভুমথকবদা মঙ-ওই হা ওই থবাক্তা মরেং মরেং চৎলি হায়হনা মাকববু মীথুং অমা থেংনরে থংহনা "কমানো" লাউরুবু ইতৈমা ওইরমমে, ঈশিং খোরাংহনা মৈখেং থিরিবনি হায়রে। ঐ হৌগৎতুনা মৈ চুখৎলে, ইতৈমসু ঈশিং থক্লগা ভুমত্রে।

মথং সুংনাং অহু ঐহাক নোট শিন্দুনা নোংথ'ম্ব থৌরমদাইদ কম্মুং চংবদা ভাইরি। উইরুম উইকম তৌখরকপদা ঐগী কাংথলহ হাইদোরক্লে ঐনা "ইতৈমা কৈদোরে" হাযহনা হংবদা মহাক য়াম্না কিবা মঙ অমা মঙ্ লুরে, মতে'মতা হিপ্পা ভমত্রে ঐগা চিপনিল্লসি হায়রে। ঐ হৌগৎ-তুনা চৌকিদা কমলে, কিরগা ইতৈমা তুম্মু ঐ শঙগে, মঙবু কৈদোরে হাযবগে হায়রহনা ঐনা ভসাই শিল্লম্বা নোটতু মখ' শিন্থবা হোৎনরে। "নংসু তুমনিংলগা ইনাক্তা হেক্তা তুম্মু" হা'য়রগা ঐগী কম্মুংদা কাথৎত্রে। ঐদি নোট শিল্লম্বদগী চৌকিদা অহুম তু থোক্রুবমাল্লে মিকপ থোরকপদা পুং মরি বোম তারম্মে। অমুক নোট শিন্থবা হৌরে। ভহাক লৈরগা নোং ভানফুং ভানফুং তৌরকপা মতম অহুরাইদা ইতৈমা হৌগৎলক্লে, "নংদি তুমত্রবোইরে অহিং তুমত্রবদি নথা শোক্কনি" হায়রম্লগা মাগী কম্মু'দা অমুক চংত্রে। ঐসু কম্মু'দা চংহনা অমুক তুমলে।

মথংগী অহিং অহুদি চাব থকপা লোইরবা তুংদা ঐহাক চৌকিদা কমহনা ফিলম কেয়ার য়েংলি ; ইতৈমসু চংলক্নুনা লাই য়েংবা য়াওরে। ভহাক য়েংমিন্নরগা "নং লাইরিক তৌখিগদোবা ওইরদি ঐ ভাইহাক্তং নংগী কম্মু'দা হিপকে নংনা তুমনিংলবা কান্দা হেক হৌদোকলকউ" হায়রম্লগা কাথংত্রে। ভহাক লৈরগা "ইবুংঙো নংগী কম্মুংসি কাও য়াম্না চঙলমাল্লে চিকপনা লোইরে, ঐ হৌগৎপা তল্লে কাও অমুকা

হুমদোকপিয়্" হায়রে। ঐনা গমছা মত্তু পোনবী অহুমা পারগুনা কাণ্ড হুমদোকে হায়চনা কাংখলছ্ হাইদোক্ল্‌, ব'দি ইতৈমদি মফি য়াওহনরে, ঐনা কাংখলছ্ খংথা খাদবদা ইতৈমনা খুদাং তাপ পায়খ্রে। "মীশীদদি চংলগা সিদদি কৈদৌরি, ঐনা হায়বসি য়াত্রবদি নং চোপচনি, নংনা চংঙকই হায়হনা হেক্তা তমগদোবনি ঐদি" মসি হায়রকপদা ঐ জ্ঞান মাংলে ঐ লেপ্পা (এপ্র [redacted] মনাউদোনা অস্থপ লুনা হোৎনবিরগা ঐনা। অহুগা মানা তমশিনগ্রগনা ঐবু তামুবনা কল্লি হায়না খনগনি, ঐ খনবম থোক্তে। মডদা শামুনা তানবগুম পাঙল ইথোক থোকখিদ্রে। বস্তিগী মৌ অহুনা "অঙাং অসিদি কজ্জা শিকার তম্বীরেদনা" হায়খিবদো, ঐ হৌজিক্তা ভাব তারকলি।

অয়ুক অহু মাদি মহৌশাগী মহৌশা অহুম মউই ঐদি হোটেলদা থোক্লুগে হায়হনা থোকপদগী চাক চারমদাইদ হনজিল্লে, চাকচাওকপগা মীগী লাইব্রিক থিল্লুগে হায়হনা অহুম থোরক্লে। মুমিদাং ক্লাস লোইরগা হনজিনখিবদা তামুবা লৈরম্মে। 'ইবুঙো ইয়াম্বদি য়াদুনা চাক চাথোক্লত্রে নতৌমা ঙাইরিবনি।"

"তামুবা করম কান্দা থুংঙৈ?"

"মুমিদাংরাইরম ঙস্তানা অদুম য়োরকএ"

তামুবা হেক উবদা ঐ লৈকম খংদে কল্লিনো হায়কম খংদে মিকুপ অমা কাওবা য়ুম অসিদা লৈনিংদ্রে।

"তামুবা ঐ শিলোং অমুক্তা য়োকত্রি অ ক্তা চংলুখে নিংবনি তামুবা লাকপা য়াম্লা ফুরেদা"

"ঐসু চংনিংঙি ইংবুঙো চংপদা য়াওহোগে" হায়দুনা ইতৈমনা হেক মপাশিল্লকই।

ইতৈমদি মতম মুংঙাইব কান্দা কোল্লা চংপনা কনিদা"

"মঙোন্দা কৈম্ সুয়েংচয়োই মপুক কয়াম কংত্রিনোসে"

"কল্লিনোনহে নংনা অঙাংদা হায়বিক্লয়িবদুবু, চংলু চংলু নংগী ক্লাসবু কাযত্রবদি"

"ঐগুু চৎকনিয়ে মা পুদবা ওস্ত্রা য়েংগে"

"অহুগা নখোই অনিমক পুল্লপ চৎথোক্লগা য়ুমদি কনানা শঙ-হৌবা"

"কৈনোনে তালা বন্দ তৌরম্লগা লোইরেদনা কনান হুরানবিনি হায়বগে"

"থংদে থংদে নহোয়না থোকপা তৌব্রো ঐ হয়েংদি নোর্থ গৌহাটি-লোমদা চৎপা তারি হপ্তা অমুক্তি হল্লকবা য়াই" হায়রগা তুমগ্রে।

মী হাংলুব্রগা লৈকম থংদে হান্নবহু ঐগীসিমুক রারিদ্রা থল্লি। শিলোংদ চংপনি হায়দুনা চেম্বোক্কে তৌবসু মহাক য়াওগনি হায়রবনিনা তোক্রে। য়ুম আসদা কুইনা পম্বরবদি ঐ শোয়রনি তামুবদি ইরৈকাই মচানি শিদ্রিকাও তোংন তিন্নবগদবনি, মাদি লা'য়িক হৈতবনি সমাজদা ঐভোন্দগী হন্থনা লৈবনি, মানা ঐভোন্দা তৌবিবিবা শরুক অসিগা ঐনা তৌরুবিবা মশক অসিগা ওন্না তৈনরে, ঐ হহৈ ভন্নুবগী কান্নদ্রে, মীগী লমচং ঐভোন্দা যাওদ্রে, ঐ মী ওইবা ওইদবা লায়রি তামুবনা থংলক্লগা কব্রিনো ঐনা ওইগদবা ফিবম খনবদা থোক্কবা রাখল ময়াম অসিনা নৈথ্রনা ঐ অহিং অসিম্না ইতুম তুমগ্রে নোংডাললমদাইদা তুম-থরুব্রমাল্লে ঐনা হেংগৎলকপদা তামুবা লৈব্রমদ্রে। হোরেল হুমিদাং ওইবকনি খনবদা ঐ থরাই রারে।

ঐনা ক্লাসদগী হন্নকপদা ইতৈমা চাক ভাইরম্মী। চাক চামিন্নরে। ঐ চৌকিদা ফমদ্রে, চাকচা তোকপগা কম্মুংদা চংলে মানা শেংজিন খোৎচিল্লিভৈদা তুমহৌরগে ঈশ্বর ইবুংঙো নোংডাদ্রিফাও মিকপ থোক-হনবিমুকো হায়রদুনা হিপলে। অম্বোকপনি লাইরিক পারবদি তুম্বনা হাল্লি তুম্মগে হায়রদুনা হোৎনবসিদদি তুম্বা শুকরা য়াক্রে। অমুম্না রাম্রিভৈ চাক্তা অসিদা ইতৈমসু মশাকাহু মনম হুংশিবকা চাইশিল্লদুনা চংলক্রে পানবা তৌদনা ফম্মুংদা হেক্তা কাথৎলকই। ঐনা হৌপংকে ভৌবদা "ঐনা হায়বা য়াদ্রবদি তমথোক্কনি হায়রিবসিনি, হৌজিকসু হেক্তা লাউগদি লৈকায় ভানবা"। ঐ পত্তি লৈক্লে পংথরে।

মথং অম্লুক্ ঐ মওল মওল খল্লবা তুংদা রাখল অমা লাক্রে। থিল্লবা তৌত্রে ডাকঘর তানা চংলে। "এক্সপ্রেশ লেটর" অমা ঐগী থিকানাদা থাদরম্মে। মুংথিলহু পুং ৪ রোম তাবা কান্দা চিঠিহু থুংজরে। ঐনা চিঠিহু পাশিন্নরে অদুগা শুকথরে। ইতৈমনা করি তৌরে হান্না হংলকপদা ঐনা ইমা কম্না নারে চিঠি অসি হেক কংবগা থোরকউ হায়রকই অদুনা ঐ মুংদাংগী গাড়ী তো থ্রগে হায়রে। মানা চিঠিহু য়েংগে হায়দুনা ঐগী খুংতগী পাক লৌখ্রে। ময়না য়েংলগা মপি মতুম মতুম শিল্লরক্লে। ঐগী ডকপা থেংখ্রে। ঐবু ইমুংদা চংলকউ হায়দুনা কৌশিল্লে ফম্মু হায়দুনা কমলে। মপি তৈথোক্লগা "চিঠি অসি নংনা ইশিনবা নত্রদো" হেক হাযনকপদা ঐ খাই লাউহ। মহু হায়রগা মপি অমুক শিল্লরক্লে, ঐম্নু 'প তারে করিগী তারিবা পিনো খংদে মাগী মতৌ উবদা তারকপা পি ওইরমাস্রে। ঐগী খুংতু খডদুনা হ'যরিবরা? নত্রগা নমলিবা সিল অহু য়েংলগা খংলিবরা? মহাক লাইরিক কজনা হৈরম্বা তারে খল্লুবদা ঐ অমুক্কা হেন্না তুকথরে।

তপ্না হায়রকই "ঐ ইম্ফালদ য়'ম্না লৈনিংডি অদুনা ঐনা লাইরিক তম্বা তোকখোক্লুনা নখোই তামুবদা চেনবনি, অদুবু" হাযরগা অমুক লেপখ্রে ঐদি চমম্রদুনা তিতক তিতক য়েহুনা লৈরে। মানা মখা অমুক শমথরকই "ঐখোই অনি লৌনবা চহি তরেৎ শুরে, হৌজিক কাওবা ইচা অমত্তা পো'ক্ত" মতাং অসিদা মহাক মচিনবান চিকশিল্লগা মপি তৈথোকংলে ঐডোন্দা শংত্রিক য়েংলগা "নং কাব তারবরা?" ঐনা লু লুকথরগা ওক নোম্মী।

# মমা

সমরেন্দ্র খোইগী ইমুংসি মমা লৈখিদ্রিঙৈদদি তুরোই ঙামলোই য়ুংলুরবনি ; অহবু মীগী মরাইবক হায়রবসি তশ্বা ওমদে। হাওবম সমরেন্দ্রগী মপানা ওস্তানা লৈখিদবদগী মমা লুপ্রাবী অসিনা রানা হোৎনজহনা মাবু ইম্ফালদ বি, এ ফাওবা তমহনপ্ররবনি। মপানা থনশ্বা লৌ পম্রি অমগা মরাক্তু য়োম্হোক্লুনা সমরেন্দ্র এম, এ, তম্লুবনি। মানা খোরকপগা মমা অহুম লৈখিদ্রে।

মামা কোলেজগী ওজা ওইবহু অরুকা লুংখিলগা পাহনা পৈশা নিংথিনা তারে। সরকাররদগী লোন লৌই হায় ময়ুমহু মতমগী রুমশাদা কা কা নাইহনা য়াম্না নিংথিনা শারে। "শামু ময়া থিন্দোররকপদা মজে খেঙ্লুনা কৈদৌরুনি হায়বা য়াহু সমরেন্দ্রদা হেক খোকইদা" হায়না ঙাংনৈ।

হন্দক্কো মাগী ছাত্রিনি হায়রে খর লা রবহুদা মানা অহুম লৌশিন-রবনি হায়। মগাম্মদি মচিন থীম্রিবনি মখোই কোলেজদা ইদগী ফজবী াত্রান মানা পামহনা লৌরগা শাইররমোনগা পীজখোংকম শিজিন্নিবনি হায়রে।

এলাং লৈকায়দা মখোই অনিগী য়ুহানসি চাননমক মঙাংনরে। "হা অহল লমন পান্জবা য়ুম্বাল হায়বসিদি কয়াবুদি মখোং চারুগবনোদা ইকায় শজোই ছাংনবা মশক্নি" মসিনা অহল্লোনগী রাঙাংনি। নহারোল মথৈনদি সমরেন্দ্রগী কেমিলি লাইফ অসিদি মখোইগী আইজিরেননি

হায়রহুনা মিহৌনরি। মীয়া ভাংবদা শিন্থা ওইবা কনাদি মখোমক ওইনা য়েংশিল্লুবস্থু মরাওই। নৈরক কোন্সাংদা ভাংনরম্বদগী হোতেন য়োরে। মাগী মুপী সরোজু অসিস্থু মথক কৈদ হায়রহুনা চাংনা মতাংনখ্রে। মহাক্তী ইমুংদা চংলু খোৎলুবা মমাম্নবশিংনা মাবু শ্রীরামচন্দ্রনা সরোজুদা চোংথহুনা লুপথিবগুম মহাকস্থু সরোজুদা লুপকদৌরি হায়নৈ।

ভসি মতা তম্নানি অসি সমরেন্দ্র থোম্বকপা ইউ উথিত্রে কৈদৌ-থ্রবনো, না—য়েকপা য়াওরিগদ্রা, হায়রহুনা য়োকবরু ময়ুমম্থু শো লোন্দুনা নৈরম্মে। শুমাং, মাঙ্গোলকাম্থু ইচাই চাইবহুনা মী নৈরগী মওং উদ্রবা অহুদা চিংনরহুনা নৈকায়দা হংলুবরু মখোই অনি লংকৈ চংখ্রে হায়রে। কর্রিগী লংকৈনো, ঐভোন্দা তাকলমফম থোকইনা। ঐস্থু থংনিংলহুনা মাগা তিম্নবা থরদস্থু কোইহং হংলুরে। মখোই অনি "হোনিমুন" চংখ্রিবনি হায়ে। হোনিমুন চংপা তাররদি নহালরাইনা চংকম থোকই হৌজিকপু! হোয়, নহালর'ই পৈশা ন্নুংশাগী খুদোং চাদবা ওইরম্থু য়াই, মচাম্থু য়াওত্রিবনিনা চংনিংলকপা কান্দা চংপনি। মা মীগী শেল য়াম্না তোম্নি হায়রহুনা নোংথা ঐভোন্দস্থু হায়ী শাখি। মখোই অনি'স হায়গুম্নদনা শিনি খংনা পাম্নি হাযবহুমক হেক য়াই

থর নৈরগা থোরক্লে হাযবা পাউ তারহুনা চংথোক্ল,ই মুম্নিদাং-রাইরমনি। মী ফম্নফমক! অহুদা মখোই অনিদং ফমহুনা নৈরম্মী। মমুগী মীরু মাল্লুস্ত্র মপান্দগী মী কেয়েংপোম্বক পহুন মাল্লি, তক তক ফম্মীম্নম্মী। সোফাদা পুম্নপ ফম্মীন্নরম্বদগী ঐ উবদা সরোজু হৌগংহুনা চংখ্রে সমরেন্দ্রনা ঐরু হেক উবদা মা থ্রবা পোং কেংনবগুম খংবোই হুরাউবোই প্রপ প্রপ থোরক্লনা ঐরু পুশিল্লি। সমরেন্দ্রগী মাযথোং হু থর নৈশিম্না উরে।

ঐনা "কদৌরে অদোমদি থরহুম নৌখোম্বকত্রা হায়রগা থরহুম য়ারশিম্না উরেনা ?"

"কমদৌনি পুন্সি পোংসুম কোকখোংমবদা থর য়ানা থোক্লহুনা মতৌম্নিবনি"।

"অদোম্বুদিময়াম্না শিনি খংনা পাল্লি হায়নরিদনু"। ঐদি ইরাং য়াংনা হায়দোক্লুবা য়াহৈনি। মাদি য়াম্না অর্থ লৈবা, নুংঙাইতবা মীনোক অমগা লোয়ননা লুম্না খুম্নকই";

"মহুমদি অচুম্বনি. ঐ শিনি খংনা পানবনি"।

মাগী পাউখুম মপি অসিনা ঐবুম্ম খম্নহল্লে। শিনি খংনা পানবা হায়বসিগী অর্থ ময়াম্না পুনরিবা ভাব অসি নত্তবা অমম্থ লৈরমাল্লে নিংলে; মঙোন্দা মাগী মোং খংদোক্লদবস্থ মাগী মপুক্কি নুংঙাইতবা কাইদাহু উবদা মথা চংথব্রে। মহাকম্থ মাগী মপুক্কিংদা লোংতুনা থম্বা য়া অম্বা ঐঙোন্দা তমথোকে হায়তুনা কন্না হোংনবগুম উই, অতুবু তমথোরক্তে। সবোজুনা চা পুথোরক্লুনা ঐখোই অহুম থকমিন্নরে। তৌথোরকলিবা ষ্টেন্দর অতুদি কোলেজগী গুল্লা অমনা খন্নদা খর য়ারপদবা থাল্লি, মসিমক্নম্থ সমরেন্দ্রসি মখুংতা পৈশা পায়দবোরে। সবোজুসিদি মশক কুজ্রবতা নংতে নুংঙাইবগী হৌনফম ঈফুং কুম্মী। ঙসাই মথৈ ঐখোই অনিগং কম্বতুদি নুংঙাইবা য়ারি লৈরমদে মহাক য়াওরবসিদদি চুম্নগী ইচম চম্বা য়া কাওবা নোকনিংবা পোকই, নুংঙাইবা কাওই, কা অহু ঐখোই অহুমদং কম্বদা ইথন হেক থল্লি। ঙাইহাক ফম্মীম্নবা অসিদা মখোই অনিসি অমনা অমবু য়াম্না লুনা, নুংশিনা তৌনৈ হায়বা খংলকই। ঐম্থ মখোই অনিগী পুন্সিহু মিংেদবা ঙম্নক্তে। অতুবু খুংশেমগী কজরবা লৈদা মীং থক্লুবগুম লৈহিদি চেল্লমদবম্থ য়াই হায়বা ভাবসি হল্লকপদা ঐনা খল্লকখি। ওম্বোকপা হায়বতুনি লমহুইনা অজুম্ন চাবা কত্রগা অথাবা জাংনি হায়জিল্লম্মী হায়বদো ঐম্থ হেক তৌই।

খর লৈরগা সমরেন্দ্রসি মপাল অমুক থোরকখিব্রে। কবি অমুক তৌপ্রবজাংনো, লংকৈ অমুক চংপ্রবা জাংলা, নহালমুকম্থ পংকোর কোয়রকনি হায়, মখোইগী অসিবু মচাম্থ পোক্তে বাদ কল্লোলগী ওপঙ্কেসন কা ভৌবা চংলিবা জাংলা, মখোই অনিগী কাইদা অসিদি মতুম্ন ওইরম্বা য়াইকো। অম্নম্না ইতোমতা পংখল থল্লি। মম্নমদা য়েংথোক্লুদবা য়াব্রে হায়জুনা মুমিদাংয়াইরম অমা চংলে। কবিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবদি

মখোই অনিনা লৈমিন্নবমগদবা মওংতু মিংতা শংশং উরহনা প্রপ প্রপ চংঙি। মহাললমুক ফম্মীন্নবম্বা কা অদোমদ য়োংশিল্লুই কম্নমত্রে। সরোজু থোয়ক্তুনা তন্নাম তন্ন'ম কৌশিন্নি। সমরেন্দ্রদি ফম্মুংদা লৈরম্মে, মনাক্তা সুরেন ডোক্তরন্থ মখুং মশা তৈংথোক্তুনা ফমথরম্বদা মঙাইরম্মী। ঐদি ইওক ওক্লহনা "সমরেন্দ্রবু কয়া কম্না ওমদ্রবা জাংনো? ঐদি ইত্তা তাদবনি।"

"এ ইবুংঙো হৌজিক্তি ফরে থোইনা নাব জাং নত্তে ইন্নাম্বনা মশাসি ফনবা হাধহনা কাপলম্বতনি, চুন্নগী ভাইতামিন দিফিসিয়েনসিনি কৈম্থ থোইদোকপা নত্তে"। হায়গুম্নদনা সমরেন্দ্রগী মমায়থ তাইফেং তাইনা উই। -অহুগা য়েংশিনখিবদা লৈরমঙ্গিবা হিদাক লিকলি ময়াম অহনা তাকপদি মহাক ফনা কম্না নারুরে হায়বনি। সমরেন্দ্রন্থ হৌগৎহনা ফমলে। সরোজুনা চা লৈরে হায়রক্তুনা ঐখোই ওম্নমক মী কম্নবা কা অহুদা চংলে। চা থক্লগা সুরেন ডোক্তরন্থ ঐঙোন্দা "ইবুংঙো ঙাইহাক ফম্বীহৌথিসি ইন্নাম্বা মফম অমা য়োক্লখিবা ভারি" সমরেন্দ্র য়োমদা ওনসিন্দুনা চংলগে হায়রম্নগা থোকত্রে।

"সমো বাবু কয়া কুইরবা জাংনো ওম্বিক্লদ্রিববু?"

"থা অমরোমদি ফারম্মনি বাবু।"

"হৌজিক ফবিন্ন থোইদোকপা বেয়া চেন্দ্রেবনা?"

"হোয় থোইদোকপা ম্নুংঙাইতবা লৈত্রে, তামো সুরেন্না মনাওদ মনাওদোনা ফমশেন্নবিহনা হিংহৌবনি, মাগী লমন য়াম্না তোল্লে কম্না শিংগদবনো থংত্রে।"

অওইবমক ডোক্তর সুরেন্না য়াম্না হোংনবিগ্রথাল্লে সমরেন্দ্রনা লমন তোল্লে হায়রকপদা সরোজুত্থ মমায় ঙাংশিল্লি মপি ঈবা চেল্লি। সমরেন্দ্রনা মথা শমথরকই—

"তামো সুরেনগুম্বা ডোক্তর মনিপুরদা অনি শুরমগনি থাজদে থম্দুনা য়েংবিয়ু হৌজিকী মতমদা মীন্নুংশি চেনবা ডোক্তরবু কনা লৈরিবগে?" মনিপুরদগী য়া নত্তে মফম পুন্নমকী য়ানি ডোক্তরদা

হ্যামেনিভি য়াওদ্রে হায়বসে প্রোব্লেম অমা ওইনা খন্নরবা য়াকমনি, অদুবু তামো সুরেনদি একসেপসন্নী, অসুপ মমল য়ামগ্রবা হিদাকশিং অসিগু ঐনা ঙস্বা কান্দা মচিং মচিং ওইনা হনজিনজো হায়রদুনা মশানা পুবি-রকলিবনি, ঐগীদি মীগা লৈজদবনে হৌজিকী মতমদা ডোক্তর কৌথোক কৌশিন, খন্দুনা য়েংবিয়ুদো বাবু।"

"চুম্মী সমো বাবু, হিদাক অদুবুদি মাগী লৈজবগী ওইরম্বসু য়াই অদুগা মাগী "হ্যামেনিতি" অসিবুদি ঐখোইনা থাগৎতবা ঙমলোই।" অসুন্না ঐসু পাংশিল্লি।

পি নৌবসি মুপীগী হৌনশা ওইরমাল্লে, সরোজুদো মপি তৈথোক্লুনা হৌগৎখ্রে। ঐসু ঙহাক ফন্নগা অদুন লাক্লে।

সমরেন্দ্র বাবুসে নারুহৌগৎলকপদগী মশাদু বিং বিং লাউরদুনা য়েংব নুংঙাইরে। থা অনিরোমদি ঐসু মখোইদা তোয়না চৎলম্মী, মখোয় অনিগা ফম্মীরদুনা রাবি শাবদু য়াম্না নুংঙাই। নোংমদি ঐনা সরোজুবু মশা য়াই শংদ্রবরা হায়রদুনা সমরেন্দ্রদা হংলুই। মদুদা সমরেন্দ্রসি মমায়দু ঈচপমুক ঙাংলদুনা তোদে হায়না খুমখি। মুপীনা ইকায়গদৌবদুবু মুপা মানা ইকায়রিবসিদি লাইমসু ইকাই খিজগল হায়রদুনি। ঐ মথা তাদ্রে। ঐনা অমুক্তা হেন্না ঙকইবনা মুমিং অদুগী মতুংদগীদি মখোইদ ঐবু ফমহন্নীংদবা মওং উরিবদুনি। মীনা ফমহন্নীংদে হায়বা খংলবদুদদি ঐসু ফন্নবা হৌনদে হায়রদুনা মখোইদা খক চংলুদ্রে। মপান্দদি অদুমক তিরৈময়ুম চংঙুদে হায়বদনি।

খর লৈরগদি সমরেন্দ্রসি মওং অমা অমুক তৌখ্রে। চিন্তাগী শকফমদ পুদুনা লৈখ্রে। ঐনা কদৌরবগে হংবদসু করিসু তৌদে, অদুম মহায়। মহাক্কী পুক্নিংদা মহাক্না পুজবা ঙমদ্রবা য়াখল অমনা তৎজনা ওৎলে হায়বসি মাগী মতৌ অদুদগী লায়না থংবা ঙম্মী।

খর অমুক লৈরগদি মহাক মপান থোরকখিদ্রে। কোলেজদগীসু ছুটি লৌখ্রে হায়রে। ময়ুমদগী চৎথোক্কে হায়বা পাউ তারে। ময়ুমদা ঐবু চংহন্নীংদে হায়ব খনে খন্না মাগী মতৌ অসিদা ঐসু চিংনরদুনা

নোংমা মুমিদাংবাইরম মখোইদ চৎলে। সোকাদা সরোজু, অদুগা সমরেন্দ্রনা কম্মুংদা লৈরম্মী। অমুক নাব্বর হায়দুনা ঐ মুংশা থীরগে, অদুবু মহাক মশা নাবদি নৎলমদ্রে রাখল নাবা ওইরম্মে। ঐগী থোন তাবদা হৌগৎলকুনা কম্মীররে।

"ইবেম্মা সমো বাবুসিবু কৈদৌরবগে, মসিবু তাওদুনা চৎকদৌ-রিবরা কৈনো, ঐদি চান্নবু চিংনরেনে" সরোজু নোক্ত মনোকই থুমদে। সমরেন্দ্রদি নোকনু নোক্তে, ঐনা হায়রিবকাদু ইতা তাদবদৌনা ঐঙোন্দা মহাক্কী চোকথররবা মমিং অনি অদুনা চাগদগুম য়েংদুনা লৈ। সরোজুদি থা শুরকপগী মতাং য়োরম্মে। মমিং মনাদু ইকোম কোম্মী। অদুবু কুচুনে কুমেন্নে মশা লুমথরকপগী অরেম্বা শককম অদুনে শক্কী ফজবদি হন্দে। ঐ মঙোন্দ হাইকেত্তংগা য়েংবদগী হেন্না চান্ননা মায় ওনশিল্লুবা ঙমদ্রে। অঙকপনি শক্কী গুন হায়বা অসিদু।

ময়ুম হায়র মুংঙাইবে, মুপী হায়র ফজবে, সমাজগী থাক্তদা মশা কোসেজগী শুজানি, শিদগী হেন্না নুংঙাইগদবসি ময়ায় ওইবা ইমুংদদি পংলৈ লৈরবোইদ্রা খল্লি। মচা লৈতবগী চিন্তারা হায়রদু মগা ফংজ-গদৌরে; সরোজুগী কিবমসিংদি মমিং মমায় পাংগদবা পংকুই কুইরবোই ইংগা অমা অনিগী মদু সিদা শোয়দনা ওইররবা য়াই। মসিদা সমরেন্দ্রনা অরাবগী শককম পুদুনা চিন্তা তৌরিবসি ঐদি খনবদা মম্মা। ঐখোই অদুম কম্বদু রাবি শাবা ইনুং নুংঙাইরদুনা ঐসু গা থরুগা অদুম হল্লক্লে। ইতোমতা তাব জাং জাং পুথোক্কুনা য়েংলি হায়বদি মাগীসি অঙাং উনবদা সরোজুদা অরাবা থোকদ্রা হায়দুনা মগাক্লা হাল্লা রাখিরিব্রা? মসিদু ওইবা য়াই, মরমদি মহাক্কী মথ্থাইদি সরোজুদা পাল্লি। মমাংঙৈদা ময়ামদু ঙাংনবিখিবদুনি শ্রীরামচন্দ্রনা সরজুদা চোংলেনা লুপখিবগুম্না সমরেন্দ্রসু সরোজুদা লুপখিবা য়াই। রাকমসু থোকই মরমদি হন্দক্কী থাসিনা অহানবমিদো। মুপীগীদি মসি শিবা চৎকগী তাংকম অমনিদো। অওইবমক, হায়বদু য়াই, সরোজুগুম্বী গৃহলক্ষ্মী অমনা পুন্সিগী অসিগুম্বা থোককম মকশিল্লকবদা কররম্বা মুপানা মপুক্লিং লৈতানা লৈথোক্লরবা ওইগনি?

হণ্ডা অমরোম লৈরগা নোংমদি অমুক ওস্তানা সমরেন্দ্র বাবুসি ঐখোইদা থুংলরে। মহাকী থম্মোইনুংদা ওমহুনা চাকলিবা লৈবুসি মনিল ঐভোনদ কাওরে। ঐখোই অনি ঐগী কাদা খোঙ ভাশিল্লগা চিল্লা কমলে। নুপীনা চা পুশিল্লকপদা অঙাং চেল্লকনু রা অরুবা অমা খল্লগদবা লৈ হায়রুনা মাবুস্তু তাম্মোকখ্রে।

"সমো বাবু চুম্না লেংখোরকপরা নল্লগা রা অরুবা অমকা লৈরবরা তৌবিরকলিবা কিবমসিখো।"

"রা য়ান্না নুবা অমা লৈরে, তান্নগে লাকলিবনি।"

"কয়াম নুবা জাংনো? হৌবা য়াখিরোইদ্রাও?

"য়াম্না নুবা জাং'ন।"

"অদুবু তানিংলে হায়রোনে।"

সমরেন্দ্রসি ঐভোম্দা চাগদৌওম য়েংহুনা লৈরে। ঐনা "হায়রোনে, ঐ কনাদনু হায়দোকওইনে, ঐবু থাজব্রে সিরা?"

"সরোজু অঙাং পোক্লে।"

"মমা কৈনু তৌব্রা?"

"তৌরে।"

"অঙাংদি!"

"নুপানি"

ঐ খোর মপী হোম্মোকই—"নং অমা ভাই অহুম হায়না মীবু লুংশা থীহনবা হৌনবরা, ঐদি শোবি পাবি খল্লুরে।"

মাদি হান্নগী শককমলো হোংদে, মরিৎ অনিহু ঐভোম্দা শংজিক য়েংহুনা লৈ।

"সমো বাবু কৈদৌরবগেনে, অদোম্নু ভাওহুনা চংকদৌরবরা করিব্নে, অঙাং পোকলে, মমামু কৈদৌব্রে, অঙাংমু নুপানি, অহুক করবা অহুমু কম্বি অমুক য়াবিরিবনো?"

সমরেন্দ্রনা "অঙাং অহু ঐগী নত্তে" হেক হায়রকপদা ঐ খাই লাউই বিং তল্লন পাই। ঐনা হঙ্গকপদা মাদি ইংলবা চাহু মুক্কুমুক

লৈরম্মে। ঈপাম্বাদা শুগংলম্বা ঈশিংনা ঈথৈদা হন্থখিবগুম সময়েন্দ্র বাবু নেমথয়ে।

"বাবুগী অঙাং নত্তে হায়রবি কয়া?"

"সরোজুনা হায়রবনি।"

"সরোজুনা।"

"উম, ঐখোই অনি লোয়নদ্রিঙৈদা তিতেলপ তৌরকপনি"

"নখোইদি করিগী লোয়নদ্রিবা?"

"মতুগী খরীদি শাংগ্রে, মমাংঙৈদা ঐনা মপান্দা কোয়রক্লবনি হায়বতুদা ঐখোই অনিমক্কী হকচাং "চোক" তৌরকপনি, মতুদা ভোক্তরনা ঐগী লাইথুং লৈ মতম থরদি য়ারিবমথৈ মুপী লোয়নখিদবা কৈ হায়-রক্পনি—মতু নংঙোন্দসু তমথোক্কে নিংন নিংন অতুম তমথোকখিদ্রবনি।"

"অতু ওইরবদি অঙাংগী মপাসিদি কনানো?"

"পুকচেল চাউরবা, মীনুংশি হৈরবা ডোক্তর সুরেন।"

"অসুপ কুইরবসিদি ঐবু খংহন্দ্রগা হৌজিক খংহল্লকলিবসিদি করিগীনো?"

মতাং অসিদা সময়েন্দ্রসি মপি ঈয়া চেল্লে "তাই ঐনা সরোজবু অসুপকী মতিক মুংশিজে—মানা থৌদোকসি হায়দোরকপা মতমদা ঐ ইতোমতা শিরগে তৌকররবনি মহাক্লা কপ্তুনা থামলে, শিব তাররবদি মানা মাঙ থাগনি হায়রে। মহাক্লা অরানবা লম্বীদা য়াক্রবসু ঐগী থরাই হিংনবা হোৎনবদা মহাক্কী থিবিক কথোকপনি হায়রে। অতুদা খন্নুনা য়েংঙু ঐহাক্কী নত্তে খংলবা অঙাং অসিবু ঐনা করম্না য়েংতুনা লৈপ-দৌরিবনো? মা লৈরিবমথৈদি ঐগী থম্মোইদা হকথ্রবা দাগ অসি মুৎপা ঙপয়া য়াররোই তাই—সুপয়া য়াররোই। অতু ওইরবদি অঙাং অসি গর্ভদা মাঙহল্লসি হায়রতুনা হোৎনরুরে মাংগ্রে। হেনজিন্না হোৎনগদবসু মথাদা শোক্লগত্রা হায়তুনা ঐনা হোৎনদ্রে। অঙাং অসি হেক পোকপগা তুমিন্না লোইশিনসি হায়নতুনা লৈরকপনি। ওরাং মুংদাং নোংয়াই চবুক্তা অঙাং অসি কনাসু য়াওদনা পোক্লবনি। ঐনা অঙাংসি ঐখোই অনিনা

তৌবা থৌরাং মচুং ইম্না হন্দোক্লুরগে তৌবদা সরোজুনা য়াত্রেনে তাই, অতাংদো মানা গেজেং কোনশিন্দুনা থমগ্রে। মাগী মতৌহ্ উবদা ঐ ওকপা নত্তনা কব্রিস্নু উপায় লৈখিত্রে, নংস্নু হায়্ব করিনো ঐনা তৌগদবসিবো। হৌজিক ঐনা তৌগদবসিবু করিনো নহাকা তায়গে লাকলিবনি।"

ইংলবা চা অদু ঐনা অমুক্কং চিংলুই "ঐথোই অনি বাবুগীদা য়োৱসি ঐ কি অমুক্তা হোংজরকখিগে।"

ঐনা কি শেৎন শেৎন থল্লি—মমা হায়বসি মমানি। হিংচাবগী মচাস্নু ওইজগনু মমাগীদি মমানি।

# নিংশিংবা

মুনিৎ চুপ্পা নোংদোলদ শিল্লা কোয়কবনা চোকথরবা কে'রৌংনবনা অহিং মরান য়ায়দা যাতারগে খল্লহুনা নেমথরবকপদা লৈরমলিবী ভাওরবী ব্রহ্ম-পুত্রগী ঈচেল উকপদা ঈফুরগে খল্লরমাল্লে সনা মায়পোং তংখায অমা ঈরোল নুংদা নুংশিনখে মিকুপ অমতং কোরৌ মানু কংজবদা পেনজখ্রবোই ব্রহ্মপুত্র সনা ফিগে তনহো, হো, তনিক মায়থো, মকালাম, নিক্লা জগোই শারকলে।

মতম ! অতকপনিদকো নহাকসে, খসিন ওইরেকো নহাকপু মমল নাইদে হায়নরিবা ; ভাইহাক্তস্তু মভাইগো সুর্জ-নদী মিলনসে ইমিৎ পেন্না যেংজহৌখিগে।

ভাইদ্রে ! চুম্মী মতম্না কদৌইদস্তু ভাইখিদে। অতুব্ মতম নহাক্কী কুপ্পবা খোংথাং খুদিংদা গোংলমলিবা থৌদোক খিবিক অসিদংদগা পুহুনা চংপিগ্রবদি ভসি অনুতাপকী মৈবিনা চাকলিবসে চাকলমলোইদবনিদকো !

ভসিস্তু উরে হৌগ্রবদো।

"তামো কৈদৌবিরমলিবনো চিক্লা ?"

'এ! সোবিতা ব্রহ্মপুত্র য়েংলমলিবনি।"

"কবিগী মিৎয়েং ওইরিনি, ঐখোইনা হৈনজপোৎ নত্তে য়েংবি-হৌখিসি।"

ঐনা খুমকম খ'ত্রহনা চঙক্লখিদৈদা রিস্রনা পুখ্রে।

সোবিতা ইম্ফাল্দগী থংনবকপা নত্তে, গৌহাটিদা লাক্লগা থ'নববনি। মীরমদা ইরম মচা উনবা থোইদোক্লা মুংশিনৈ, নকশিন্নৈ।

"লৈরম্মীদনা।"

"নঙোন্দদি কনান ঐ সিদা লৈহৌই হায়রিবা?"

"হায়রম্মীদনা।"

"সোবিনরো?"

"হোয়নে হোয়নে অদোম্থু হয়েং সিনেমা য়েংবা ঙম্বাও?"

"কনা কনা য়েংদৌরিবনো?"

"ঙম্মী ঙমদেদ মহায়ু মীথীৎ হংলগা কৈদৌগে হায়রিম্নো?"

"নুংঙাইদনা ভাই, নং অমা মবে ওইনা হেক তৌরদনা……"

"মবে নত্তেয়ে, অদোমগী কাইদাহুবু হায়রানি, মীথীং ফত্রবদি সিনেমা য়েংঙোইদৌরিনে নংগী রাহুনদি।"

"সিনিমাবুদি শিত্রিকাও য়েংনি, কবিগী য়েংদনি হায়বগে, ঐবুদি, অদোমনিনে লুরিবদি, মানা পুং অহুম মনিদি অদোমগী মতম……"

"অদোমগী মীথীৎপু মু ঙাইবিরবদি পুংগী রা নত্তে হপ্তা অমা মাংলবসু মাংজগে হায়রিবনে ঐখোইদি।"

"আই আই হয়েংগী মীথীৎ হায়রিসিবু সবিতা খোইরনে?"

'মীশিংসে হুরানবা নকোক্তা নাপী পক্লে হায়বদদা মাই হায়বদো তৌনরেকো।"

'হেরা ভাই নংসু হায়মল্লিদনা।"

"হায়মনবা হায়মন্দবগী রা লৈতে, সোবিতানা টিকেৎ অনি পীরম্মী, হয়েং কেলবিনদা মোর্নিং শো।"

"মাদি চৌজিক্তা ঐগসু থে'নখিবনি ঐঙোন্দদি কবিমতা হায়রমদেনা।"

"অহুবু ঐঙোন্দা রাকংলগা থোকপ্রাও? রাকংফম ওয়রে।"

"রাকংপগী রা নত্তেনে ভাই, নং অমা ওন্থোক্লা মুংঙাইরোইদৌরি।"

"মুংঙাইরোই মুংঙাইরোই মতাং অসিদিনে মী অনি শুরগা মুংঙাইবা য়াবা মতাং নত্তে।"

"ঐ অবেং অবেং পুখরে ভাই নং ওমজরো চৎলসি।"

"অদোম্না ওমজরো হায়বিরগা হেক্তা মওমবদি ঐদি অদোম্না পেনবিনবা হোৎনবগা লোইরেদনা, লেংশিনসি ওসিদি শুলা অমতং হাবিখিদবা য়াদ্রে।"

"ঐ ইকাইরক্নদৌরেকো।"

'অদুগা কনাসু উদ্রিদৈসিদা প্রেপ প্রেপ ইকাইথোকহৌরোদনা।"

'খুতুম চায়কনিকো।"

"শুলা চাবনা করোইদ্রনে।"

ঐখোই অনিমক ফাক ফাক নোকই। হোতেলদা চংদুনা চা থক্লগা রারী মখল মখল শাদুনা হল্লক্ল। ঐখোই অনি 'সনতিম্ব" হোতেলদ কা অমদা লৈমিন্নবনি। য়াম্না চানৈ নৌন তিম্নবগী হৌনবা। মোৎসু তিমৈ খেন্নবা হায়ববু মানা লাইরিক্তা মথরাই থম্মী, ঐগীনা কোয়বদা। অহিং অসিমা ঐদি সোবিতানা কোনিদা টিকেৎ পিরম্বদুগী মরমদা থন্দুনা লৈরে। কোনি লাইরিক তৌরম্বদগী তুংথখিবদা মঙাইরি, ঐদি তুম্না য়াত্রদুনা হৌগংলে 'নিযু ফিল্ড' ময়ায়দা থোক্লে থাবল কবম্মী। ঐনা মওল মওল থল্লি—সোবিনা টিকেৎতু ঐঙোন্দদি পিরমত্রগা কোনিদা ...রমলিবসি কবিগীনো? মখোই অনি মরি লৈনরবা জাংলা? লৈনরবদি কোনিনা ঐঙোন্দা শোয়দনা হায়দোককম থোকইনা। অদুদা—ঐনা সোবিগা মুংশিনৈ হায়বসিদি ঐদি কোনিদদি তমথোক্লুদ্রি। করম্নদি তমথোক্লুনি সোবিনা ঐবু মুংশিকা হায়রবকপদি লৈখিদ্রি। মচিন্না হায়ত্রবসু মহাক্কী মমিৎ অনি অদুনা লোনপ্রিবা মরোল ময়াম অদুবু মিনম্বা ওইগদ্রনে? থম্মোইদ অমা লোং, মপান্দা অমা উং লৌনম চাউবী মুজাশিংগী হৌনশানি হায়বা অমসু লৈকো। অদুদি মানা লোং-লিবসি কনানো? টিকেং কোংবা পিরমলিবা কোনি অসিবুনা অকোংবা, ঐবুনা মাগী থম্মোইলকামুংদা লোৎতুনা থম্নীবা মুত্তিদু ওইরম্মোই হায়রদু

করম্না হায়গনি? মহৌশাদি ঐগী ভাবসি য়াম্না চুমগনবনি। নহাল যুগেশ্বরগী প্রোব্লেমত্থুস্নু ঐগী রিজ'নংদা চপ চানা তাখিবত্থুনি। অত্থুনা ইশাগী কেশদদি করিগী চুমদনি। অস্নুম্না ইথত্তগী থম্মোইবু ইথত্তনা থেমজিনজে, অত্থুবু চিংনবদি কোকপা মওমত্রে।

ঐনা কোল তাত্রত্থুনা উংজা পুরিংগৈ অসিদা লম্পাক্তো শঙ্গু শঙ্গু তুমলিবা 'জিপসি' ময়াম অত্থুগী মরক্তগী মখোই মতৈ মনাও অমদি কন্না খংনখংলকলে, কপ্পও লাউবও মতৌ অমা ওইরে। হোতেল-দগী ময়ামস্নু থোক্লকত্লে কুঁম্ম ওইরে। নুপীত্থুনা হায়রি মহাক লৈন লৈন মাগী নুপাসিনা অতোপ্পা নুপীগা লোয়নবন্মী, মনিংমক্তা উরুবনি, মসি মাগী ইজ্জংকী রাকমনি। অস্নুম্না ইজ্জং মাংন হিংগদবগী শরুকপুদি শিজখিবনা হেন্না কৈ, অত্থুনা মহাক শিজরুবগে তৌবনি অত্থুদা মাগী নুপা সিনা খল্লবনি হায়ে। ময়াম চত্থুনা খামজিল্লে নুপাত্থুনা লাল্লি হন্দকমুক্তি ডাকপিরো ময়াম্না হায়বা অসিদা তুনিন্না তোক্লবদি কৈ নত্রবদি নখোই অনিমক পুসিশত্তা পিখোক্লুবনি, ঐখোই অমত্তা তুম্বা য়াদ্রে হায়ত্থুনা ময়াম্না শাউরবত্থুদদি মখোই অনিস্নু নেনথখে।

মোংনা হেন্না ভীরবা, য়ুনলিং খুল্লি দ্রব', মখোই তরমুক্তংগী ঠিকানা য়াওদ্রবা পুন্সি অত্থুদা নুপী অত্থুনা ইজ্জংকী রাক্সম পুথোরকপসিদি ঐ খল্লদবা ওমদে। ঐস্নু হনজিন্দুনা তুমলে।

অয়ুক্তু ঐখোই অনি খর চন্না থাক্লগা সোবিতাখোইবু ডাইরন্মী, হোতেলদ চংত্থুনা ডাইহাক ফম্লুবগা থোরকপদনি সোবিতা মমান্নবী বেঙ্গেলি ছাত্রি অমগা হোল মনুংদা ফমত্থুনা লৈরমলে। ঐখোয় অনিস্নু চংলে, অত্থুবু ওম্থোকপা লাইবকনি মখোই অনিগী নাকল নাকলদা ফম্বদো ফোনিনা সেবিতা তাখে। ঐগী নুংডাইতবী থম থেংখে। সোবিগী মমান্নবী অত্থুনা ঐডোন্দা—

'সিংদাদি, ঈশৈ ফজনা শকই হায় নোংমতা ভাব তারিরে।"

"কদায়দগীনেদা সোবিনা হায়জিনবা ওইরিনি।"

রাতা অসিদগী ঐনা থনখি - সোবিতানা ঐবু থন্দবদি নত্তখোয়ে। মসিমক্না ঐগী চনিং কাথনবা লাইরা ওইনখি। অতুম ওইনমক ঐ সিনেমা য়েংবা চংদে। ফোনিগা সোবিগা করি করি রাগ্নী শানখিবগে হায়বা তাগদবগী শেম্মতুনতা লৈ। মখোই অনি রা অমা অনিদি ঙাংনখিবগুম তৌই মরোলদি শেংনা তাদ্রে ঐ খোইদো শাউগৎপি থেংগ্রে। সিনেমা লোইখিবা থংহৌদ্রে।

হোলদগী থোরকপগা সোবিখোই রিক্স'দা কাগ্রে। ফোনিদা চংলগে হায়রম্নগা থোগ্রে, ঐঙোন্দা হম্না কাওবা য়েংলমদে।

ফোনিনা সিনেমাহুগী মরমদা ঙাংলি ঐদি ভাব অমদা চংহুনা তাদ্রে। হোতেল য়োরগা ফোনিনা—

"ঙসিদি মোন য়াম্না নুংঙাইবিবগুম উরে, চাকসিবু স্পিসিয়েল কৌসে হায়ব্রাও ?"

ফোনিনা ঙাংবদা ঐনা শাউনি বা লৈরকখিদ্রি অদুবু ঙসিদি ঐগী থম্মোই রারৌগ্রে—

"অদোম্না অহুম শীনবিরো।"

"ঙসিদি করিনো য়াম্না চীং লেপ্পীগ্রেদা।"

ফোনিগী হৌনশা রাঙাংনি অদুবু ঙসিদি ঐঙোন্দা অশোকপদা চৈ থারকপগুম থোকগ্রে। ঐনা থুমদবহুদা মাস্থ মথা তারক্লে। নুমিৎ অসিদগী হৌনা মহাক্তি লাইরিক হেন্না পাশিনবগুম তৌখি। মানা লাইরিক কন্না তৌখিবহু ফাওবা ঐনা রারোখি। মহাক ফেল ওইরবদি নুংঙাইনি থনখি। কদায়দগী লাকপা রাখলনো অঙকপনি।

পরিক্ষা ময়া য়োশিল্লক্লে, ফোনি অহিং তুমখিদ্রে। ঐদি মাগী মমাংদ তৌগে মতাগুম কোয়বদা থাক হাপকংলি। পরিক্ষাগী প্রোগ্রাম ফংলে, হৌগদবা নুমিৎ তরানিমুক্তা মঙাইরে, ফোনি নাগ্রে, ঐ কলকপেল্লে।

ফোনি নারে তাহুনা সোবিতা হংবা লাকলগ্নী মখোই অনি য়াম্না নকশিন্নবগুম উই। ঐগী থম্মোইদা হায়কম থংদ্রবা মৈচাক অমনা ওমহুনা চাকলে।

সোবিতা ছাত্রী বাড়ী হোষ্টেলদা লৈবনি, সনভিয়্‌ হোস্তেলগদি য়াম্না নক্লে। সোবিতা লাকলম্বা অম্মক অতুগী মুংথিল অতুমক্তদা ঐ মহাক উনবা চংলে। মহাক য়াম্না শুকথনা থোরকই। মহাক্না মুংঙাইতবা উবদা ঐহাক পুক্নিংদা মুংঙাইবগুম করিগুম তৌই। পুমগুন ওম্নরে। চুম্মী ঐনা ওনবরা মখোইন (সোবি, কোনি) ওনখিবরা অমদি তৌরে। ঐনা সোবিদা কোনিনা নারিবসি টি, বি, নি মীওোন্দদি হায়দোক্লমু হায়রুই। রাসি তাবদা সোবি মপি মতুম মতুম শিন্নবরকই। সোবিগী পি মতুম খুদিং ঐগী জয় পত্রনি। মপাম্বোংদদি ঐহাক য়াম্না শুকথনা হল্লকই পুক্নিংদদি খোংথাং খুদিং জয় ধ্বনী লাউহুনা লাকখি। মসিনা ঐগী মুংঙাইবদি নত্তে কল্লকপেনবনি।

ঐনা টি, বি, নি হায়জিন্দুনা হোস্তেলগী অঙাংশিং কাওবা মনাক নকপিদ্রে। কোনিস্থ টি, বি, ওইদ ওইরবোই নিংখিহুনা মশাহু খংশোক শোকচিনপ্রে। মথ্বাই মুংঙাইতবদগী চাখিদবনা হৌগৎ-কাংখৎপা ঙম-শিল্লক্তে। ইম্ফালদগী কে নিগী ময়াম্বা থুংভবে। কোনি ইম্ফালদ পুনবা থৌরাং তৈপ্রে। সেবিত দি পরিক্ষা মমুং ওইবহুনা কোনি থিন্দোকপা য়াওরকখিদে। ঐহাক্তি ঈরুজনিংবগা থোং তেকপগা মাম্নরে হায়বহনি কোনি নাবদা পাউথোংফম ওইশিন্দুনা পরিক্ষা থাদ্রে। পরিক্ষাস্থ থাদ্রবনিন কোনি পুথোকপসি ঐস্থ য়াওরগদি খুদোং চাবা হেনগনি হায়রহুনা ঐস্থ অতুম পোংচৈ তনযোম য়োমশিন্দুনা থোরক্লে। রেলদা লাকপদা খর রাবনে ডিমাপুর লম্বীদা বসনা ইম্ফাল য়ৌরকপহুদি কোনিদো ক্লায়া রানা থোকপ্রনাল্লে কর ফর হাইরে। ইম্ফাল য়ৌরগা মুমিং হুমনি লৈরম্লগা কোনি অতুম লৈখিদ্রে।

কোনি হেক লৈখিদবদা ঐহাক রাই ইশং হেক শংবগুম তৌই। সোবিতাস্থ পরিক্ষা লোইরহুনা থোরক্লে হায়বা তারে। উনকসিরা থল্লি, অতুবু ঐগী থম্মোইনা মাবু রারৌরি, মানা হায়জররকপা ঙাʼরি।

কোনিগী শোরাৎ মুনিংনি। ঐস্থ ঙম্বা চংতুনা য়াওরুই। ঐবু উরগা কোনিগী মমানা ঐবু কোন্দুনা কপ্পহুদা ঐহাক রাম্না মুংঙাইদ্রে।

"নখোই অনি লৈমিঙৈ হায়বদাই ফোনিদি কদায়" অসি হায়রর হায়ররগুমা ঐত্তোন্দা ফোনি পিয়ু তেংথারকপদুদি ঐ পুমতাও তাওরে। ফোনিবু ঐনা হাৎপনি—অশেংনমক ঐনা হাৎপনি হায়বা রাখল অসিদা ঐ পোৎথাকম খংদ্রে।

৮ শোরাৎ শোনবা লোইশিল্লকলে শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং লৈ মনা অমমম কংপা চংলি। ঐসু লৈ খর পায়রদুনা লেপ্লী। ঐগী মাংদ নোম্বখ্রিবী নুপী অদুনা তৌগৎদুনা মমায় লৈথোরকপদা ঐহাক খংপ্রেক খংডি। মহাক সোবিতানি! মাদি করিগী মকম অসিদা! মহাক অসি ঈকায় ঈকি রাম লাল্লবী লৈশাবীরা? নত্রগা ফোনিখোইগা মরি থোক্লবা জাংলা? রাহং অনি অসিগী পাউখুম ঐগাক তাইতমলক্লে। কনাদা হংগনি? লৈ কংলম্লগা প্রপ প্রপ থোরকলে। খংনিংবনা হেনজিল্লকুনা সোবিতাগী মতুং ইন্নরুরে; করিগুম্বা মানা অশেংবা তাক্লকুবম্ব য়াই খন্দুনা হু হন্দোরক্লে। ঐ ঈকাই-ঈকি খদ্রে ফোনিগী ময়াম্বা থিরে। অরাংকমদগী কৌথোক্লগা হংগুরে—

"সোবিতাসিবু তামোখোইগী অতাংলা?"

"মান্নি ইবুঙো, ঐখোই ইন্দোমচাগী মচানুপী অহননি।" হায়রম্লগা চংখ্রে।

ঐগী কল্লবা থম্মোই মচেং লিশিং থোক্লা চিংখায়খ্রে। শোয়াৎ লোইবা কাওবা য়াওবা তমদ্রে, তুমিন্না য়ুম য়ৌরক্লে। কম্মুংদা লোংনা হিপ্লগা মাংগী থৌদোকশিংবু মথক মথং নিংশিংলি………।

১ মকোন্দ মরুম কেল্লুরগা পাইথরকপী য়েনবীনা লৈমায়দা খেকুনা চেনবগুম য়াক্লবা খোঞ্জেলনা খেক্লকপদা ঐহাক খংপ্রেক খংই, য়েংথোক্লুবদা তুম নুপী অদুনা হিমুংদগী তাদু লৌর লৌরদুনা তের্ব্বান্দা লেপ্লীবা নুপা অদুদা থাদুনা লংনরম্মী, অপানবা খুদিংগী খেক্লা নোক্লী। নুপা অদুনা করি করিনো খর হায়রদুনা মোমোন তৌরম্লগা চৎখ্রে। মুংগুক মুংজানহৌরবী তুম নুপী অদুনা ওসাই মখৈ নিংতাইব লৈতনা লংথোক্লুখিবা তাশিং অদু অমমমতা ওইনা থুনজিনবা লাক্লহৈরি।

# কালাকার

বিরেনগা বিধুগা তিন্নবসিদি ওন্থোকপা হায়বতুনি অমনা হোৎজিক কানগী য়ক লাওবী অতুগা অমনা থাইনগী সাধু চং ফংবী। মখোই অনিসি অত্তাং ওইবিরৈভদগী অসুম থানরক্লুবনি। হানেংমচা ঙৌরোক ঙৌবা অমগা মুশিন মুবা অমগা মনঙ্গল মনঙ্গল ঙাশিন্নহনা কুল্লম্বতুদি মপী অমত্তগী মচানি হায়তুনসু হাইফেংতি খন্থনিংঙাইনি। অতুবুদি লাইঙৌগা লাইমুগা মচিন মনাওনি খক থানদে, লাইমু থেংনরবদি লাইঙৌদা চেনশিন্নু হায়নরিবনিদনা।

নোংমা ইম্ফালগী মমিং চংলিবা ড্রামা হোল সিগী মনাক্তা লৈরিবা হোতেল অসিদা কলাকারশিং পিক থন্না ফমলিংইদা বিরেনগা বিধুগসু য়াওরুই। বিরেনবুদি হোতেল অসিগী "হিরোনি" আফিসদসু মফম অমা নাইজতুনা মীনা ইকায় খুম্নরিবা মীওইনি অতুদা বিধুনা মখোই মরামসিগী মরক্তা য়াওরুবসিদি মখিং মরাংডে হাযবতুনি। হোতেল অসি অফিসার, ঠিকাদার অমদি মচিল তোংবা মীওই ঙাক্তগী ওইনা তৌবা মফমনি, কলাকারশিংগীবুদি মখোংদগীনা মতোল্ল ফাওবা চানদবা হায়বা লৈতবনিনা কৈসু লৈতে, অতুগা হোলগসু থংনরবনিনা মখোইগী ফমফম ওইরবনি। হোতেল অসিনা তৌরিবা মতৌস্ত মহা কুইম্মনি। নাকল অমদা অফিসার অমনা মখুংও মশাও জগোই শাবতুঙাই মহাক্তা চৎলুবা ত্রেনিং ফম্মুবা ইন্টর্ভিয়ু খুদিংদা মানতা 'হিরো" ওইকবগী মওংদা রারী তৌরি। নাকল অমদনা ড্রামাগী মুপী অমনা মাগা থংনরিবা মুপা অতুগী মরাইবক্তা

খুদোঙ্বীনা চক হেক থিল্লী, মখোই মরি মঙাহ্ চপ মান্নবা হেক নোকই খংতোক হেক তোকই। নাকল অমরোমদনা হেন্দবেগ অচৌবা কোনবা মুপা অমনা মাগা ফম্মীগ্নরিবা কাংবু অহ্দা চুরুট পংয়েন্দ য়েল্লি, মখোই রারী য়াম্না চিকথনা শাবা মাল্লি, অমুকস্থ টেবলদা খুতুম্না শুই হেক শাউই, হেক নোকই মওং অমনি। অস্থম্না চিল্লিডৈ তাঞ্জা অসিদা বিরেন্না কুক হৌগংতুনা যাম্না চীং লেম্বা মওংদা হায়রকই "কম্বীরিবা মকপ মপাং পুম্নমক" ময়াম অহ্ মশুক থাংগৎনা হেক য়েংথংনরকই। নিল্লম্বহ্ পুমচিক হেক চিকই। হেক চিকখিবা তাঞ্জা অসিদা নাকল অমদগী থুম্নবা মুপীগী খোঞ্জেল অমা তারকই 'মুপানে হায়যে পাংস্থ পাংদে মীবু থিনবিরিবনি হায়তুনা থিনবিরগা....." রা লোইত্রিংডদা ময়ামহ্ পুম্নপ খোঞ্জেল লাকলিবা মাথৈক অদোমদ য়েংশিল্লুবগ মুপী অহংগা মুপা অমগা রারী চিকথনরম্মী। মখোই অনিস্থ ময়াম লাংঙম্বদগী পুমইং ইংথিবহ্দা ভক-চানহুনা মমায় হেক থাংগৎলকই। খরনা থিক থিক নোকই, খরনা "বিরেন সাহেব করিনো তাকপিসি।" বিরেন্না বিধুগী মরেংবান্দা পায়রুনা "ঐগী মকপ বিধুবাবুসি মোইরাংদা "ত্রাসকর" তৌরে লেংখিবা তারে, অহুনা ভসি অসি মকপ কায়নরমদাই নু শি পো যেন ওইনা ঐহাক্না থেংলবস্থ থেংনা ময়স্থ চা কপ অমমমতদি থকপিখিনবা হায়রুরি।" "ঐখোইগী লাইবক ফবা রানিনা মহুদি চাদং নত্রবস্থ য়াজৈ" হায়রগা ময়ামহ্ রা রা নোকই। হোতেলগী অঙাংশিংনা তেবল ককাহ্ নানথোক খোংতোক তৌরিংদা মুপী খর য়াওরম্বশিং অহ্ লোইনা চিকমাং মাংথ্রে। তেবলদা চান থকুবশিং অহ্ মথং মথং য়েনবা হৌরকপা মতম অহুদদি মুপীশিংদো মায়থোং তক তক মচিনবান তঙাং তঙা, তগং ভগং তেকথংলহুনা চীং লেম্না কম্নরে।

পুম্নমক অসিবুনি বিধুনা কম্মুদা লোংনা হিপ্তুনা নিংশিংলম্বদগী কুক হৌগংতুনা ফম্মী "ইস লাই হায়বসে নৈতবা নত্তেকো ঐ সিদা লাক্লমত্রবদি ইম্ফালগী মুপীশিংদো।" "করিনো কম্না কম্না মঙ

মঙবিরিবন্থবো ইন্ফালগী মুপী পাম্বীদে হায়বদাই কাউবা ওম্বীত্রবরো” অসুম্না চাক থিরিবী মুপী অত্থনা লাউরকই।

“লাইবু থাগৎচরিবনিদা ঐবু করিগুম্বা সোমদা থাবিরক্রমত্রবদি থরাইনা তাজবা...” হায়ত্থনা হেক হৌগৎলকপদা মুপী অত্থনা “মথাদো কোন্না তাথবিরসে লুকসে অমুক্তা হাম্না” হেক হায়রকই। বিধুদো “মীনা অচুম্বা হায়রগা মানা অসুম হেক” হায়না মুরুম মুরুম শোম্লত্থনা চারুক্তা কম্ররে। ভশেংনমক বিধুনা ইন্ফালগী ঈরাংথু পামজদে। মহাক্কা নোংমা ড্রামা হোল মনাক্কী হোতেল অত্থদা উরুথিবা মুপীশিং অত্থগী মতৌত্থদগী ইন্ফালগী মুপী অয়াম্বা মত্থম তৌংম্লদবোই নিংখ্রে।

বিধুগী মুপী অসি মোইরাং নিংঙোলনি, মশক মতৌদি থাইনগী থোইবীথোইগী ধারানি হায়বদা চোপত্রবা জাৎনি। বিধুদা লৈরবা ভুংদা মেট্রিকসু পাস তৌখ্রে। বিধুগী মুপী থিবগী মায়কৈদদি মনিং চপ চানা থুংলে। অত্থগা থবক্কী হায়রবসু ওজা ওইবা হায়বসি মহাক্কী মথ্বাইনা পামজবা শিনফমনি। “কাগনি হায়বসু খল্লুদে তাগনি হায়বগীসু কিরুদে” হায়বত্থু বিধু ওইরে। হৌজিক্কী মতমদা বিধুগুম্বা মীতাসি খর তাংগনি।

মোইরাংদগী অমুক ত্রান্সকর তৌরকুনা ইন্ফালদ লৈরে। বিধুনদি থোইনা পাম্মুবা নত্তে অত্থবু মমাররশিংনা শিনজিন্দুনা মহাক্কী মুপী থম্বাল অসিসু মরুপ বিরেনথোইগী আফিস অত্থদা কেরানি ওইরে। বিধুগী মুম্বালসি মওং অমা তারে, মুংঙাইরে।

নোংম নোংমাইজিং মুমিংকী মুমিদাংরাইরমদা বিরেনগা বিধুগা রারী শার শারত্থনা হল্লকই। বিধুগী থোংগাল হেক য়োবনা বিরেন্না মনা থাংগৎত্থনা তায় অত্থগা বিধুদা ওনশিন্দুনা “ভাই নংদি নহাল মথৈ ঐঙোন্দকা তমথোক্তি জাৎ ওইরে।”

“করিবুনোনে?”

“ঈশৈ শকইবসিবু হায়রবা, মসি মুপাসি মপুক্তা রায়া কৎলক্তে কো।”

“অসিবু কৈদোগে?”

"ও হো, ঐ ভাব তারুদ্রে লম্বোইবদা শমজেৎ পিবনি, কলা-কারভনা কলাবু খওবনি।"

"হোয়নে হোয়নে ইবুংঙো কলাকার অচৌবা, কলাজাউ।"

মখোই অনি চংলকপা উবদা থম্বাল ঈশৈ তোক্নুনা রাই শিংপহু কৎ লোইশিনখি।

বিধুগা বিরেনগা চা থক্ থক্ রারী শাই। থম্বালনা চা কপ তৌরম্লগা তুলশিবুং রাই তৈকব লোইরহুনা থোংজিল মপাল ধুপ থাকম রাই তৈরি। বিরেন্না "বিধুবাবু ঐনা হায়জরিব অসিনি করি অমতা চিংননিংডাই লৈতে। অহুগা মীনা থীনা ঙাংনগনি হায়বগী ভাবকা তৌবিরম্নু। ঐ'খাইগী অফিসগী মীথীৎ ঙাক্তনা শাম্নগদৌরিবা ড্রামানি। মরুনাই শেল তানবগী রা নত্তে হায়রিবসিনি। চুম্না মুংঙাইনবা ওহনা লাংবনি কর্মচারিশিংগী "বেনিভোলেন্ত ফন্দ" অমা শেমশি হায়হুনা হোৎনরিবনি।"

"রাকম অহুবুদি ঐস্সু য়াজেনে বিরেনবাবু ফন্দ অহুদা ঐস্সু অঙম্বা শরুক দান তৌজগে, অহুদা ঐনা হায়জরিবা রাফমসি অমুক্তা ভাব তৌহুনা য়েংবিয়ু, হায়বদি, ঙসাইগী, মহাক্তি মমানা পোকচৈগী "ষ্টেজ" মনাক নক্লুত্রিবনি ড্রামা অমুক ফাওবা য়েংলুত্রি, হয়েং মীয়াম মমাং অহুদা জ্ঞান মাংহুনা "নর্ভস" ওইখিহুনা ডোক্তরগা কোইচেন চেন্নহুনা কুম্মে অমা ওইনরনি হায়বনি, অরেম্বদা বাবুখোঙগী শো অহুহুম কায়হুনা তোকনি হায়জবা রানি।"

"রা অমুক শাংদোকপিরম্নু কায়দনবহু ঐখোইনা অহুম শিঞ্জরগে থোক্লসি থোংগাল ফাওবা খিন্দোক্লরো রা লোইনরে মখা তানজ্রগী।"

বিরেন খিন্দোক্লুরগা বিধুদো মথম্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চংলকই। থম্বালনা বৃন্দাদেবীদা ধুপ থাংমৈ কৎলগা হঞ্জিল্লকপহুদা বিধুনা "বিরেন হায়রবসি কয়াদ ঙাওগ্রবনো নংবু মখোইগী ড্রামা রাওবী মুপী মরাম অহুদগী হেন্না হৈনিকা হায়নরিনেসে।"

"মীবু হৈ হৈভে হায়বা লৈব্রো ?" হেক খুন্নকপদা বিধুদো কোক-চাউবী ফুং কায়।

হন্দক ময়কসি থম্বাল ড্রামা তম্মী হায়দুনা আকিসতগী খর খর থেংনা কুমলকই। বিধুদো পামদ পামদনা অদুমক কৱিসু হায়ব্রে। মী লৈজদবনিনা মুমিদাংৱাইরম পোৎচৈ চনশিন খোৎচিনব নংননবা থম্বালদু মমত্রিংগী হেক হেক হন্নকই।

নোংমদি বিধুনা স্কুলদগী হন্নরুগা ভাইহাক পোখারিদগী চপ্প্রাসি অমনা চিঠি অমা পুরকুনা পীরম্মী। হাংদোকুনা য়েংলুবদা বিরেন্না পিরকপা চিঠি ওইরম্মে।

মরোলদি—

"বিধু বাবু,

ঐখোইগী পোদো হয়েং উৎপা তারে, অদুনা ওসিদি স্কুল রিহার্সেল গীদমক ঐখোই ওন্না হোলদা চৎলে, ওন্না থিজরকনি।"

নহাকী

বিরেন

১৫।৫...

চিঠি অদু পায়গা বিধু, কম্মুংদা লোংনা হিপথে, মথাংগী থৌদোকশিং লোইনা মথং মথং নিংশিংভি। থংহৌদনা মুমিৎ তাথোকব্রে। ওসিদি বিধুগী ভুলসিবুং রাই তৈত্রে, থোংজিল মন্না অমদি বৃন্দাদেবীদা ধুপ থাংমৈ কংত্রে। বিধুগী কুম্মংনরবা থম্মোইদা রাখলনা লাম্বা কংত্রবা অরাবগী ঈথক চাম্মনা হুন্না হুন্না য়ৈরক্লে। মহাক্না মুংভাইনা তুমখুল হুনজরম্বা মগুলান অদু থুগাইবিদুনা মীওইবগী তমথীরবা অপাঙ্গ, কন্নকপা, য়েংথিবা অমদি মিহৌবনা থল্লবা তাইবংপান্দা মিকপ থোক-হনবিরে। বিধু ফুক হোৎথুনা মৈ চমথৎলি হনজিন্দুনা কম্মুংদা লোং হিপ্পী। মহাক্না ওসি পুংজা খর অসিদা খনথিবা রাখল কনানা থারবা ওমগনি। মুমিদাংগী পুং ৮। ৯ য়ৌশিনব্রে থম্বালদি হন্নক্তি। বিধু থাংবা

ওষ্বগী পাজল লৈরক্রে. অমুক হৌগৎলি অমুক কমথৈ মমায় অহুদা মখুৎ অনিনা কন্না কন্না তকপা হৌরক্রে।

মুমিদাং পুং ১০ রোম তারবা মতম্‌নি বিধুগী থোংগালদ জীপ খাম্বগী মখোল তায়। বিধু খংহৌদ্‌না মতু খ্যাউ চুংভি। থম্বালহু ঈশৈ ভংল ভংলহুনা চংলকই, শাজৎককাহু নোমহৌ নোমহৌই। মিৎয়েং নায়েং মহৌশাদগী পুমহোং হোংগ্রে। ভাব অমদা তাউখিবগুম মোমোন মোমোন তৌই। বিধুগী য়ুম্ফম মরা চেন্রবরা ?

মথংগী মুমিৎনি। ড্রামা হোলহু মীনা থনগ্রে কল্লাং কাওবা লেপগ্রে কুক কুক ইল্লগ্রে। মমাংগী পরেং অহুদা মম্রিশিংগা লোইননা অচৌ অশাং মরাম কন্নী। হেক থংনবা অনি শুরকপা পরেং অহুগী ময়ায়মক্তদা, মরামগী মতৌ অহু উরুদনা ইতাউ তাউনা কন্নীবা মুপাসি বিধুনি। শো হৌগ্রে, বিধুদি রাখল অমদা তাউগ্রে। মহাক্কী থম্বাল অহু ভসিদি তশেংনমক লাইজথক্কী শিভেল থম্বালহু মভাইগ্রে, ঈরোল মুংদগী থম্বালনা ঈমায়গী লৈতেং ওইবগুম ভসি ষ্টেজগী কুম্মেদি বিধুগী থম্বালতনা ওইনগ্রে। য়েংলকপা মিংয়েং, থাংলকপা খোংথাং, লেংভকপা শাথেক হায়রুহুনা কান্নদে অওইবমক ষ্টেজগীদমক্তা মেত্তুনা শেম্মীরক্লবা লাইগী খুংশেম ওইনা থোকগ্রে। ভাবক্কা খুবাক তোয়না তোয়না খুরি, বিধুদি লাইবক্তা হুমাং মরিক মরিক কারি।

ড্রামা অসি লোইরমদাই মতাংদা থম্বাল ঈশৈ শক্লকই—

“থম্না থক্কী লাইজনি ঐদি
তিঞ্জরগে ঈপাক্তা হন্না।
মুমিংকী মশেক্তা য়েবদা
মনিমুক্তাগুম হেঞ্জবী ঐনি
পামজন্রেনে ভাইহাক্কী পুন্সি
তিঞ্জরগে ঈপাক্তা হন্না।

মালংগী শন্তম কংবা খুদিং
তনিক তনিক ঐগী থম্মোই
চেন্দুনা য়েংজে মায়কৈ খুদিং
কৈদনোনে ঐগী লম্বী।

ঊৈশ চেক লোইখিবগা ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুই। বিধুদি ড্রামাগী ইশৈনি হায়না লৌখিদ্রে, মহাক্তী থম্বালগী শেংলবা থম্মোইগী ৱাকংনি হায়না লৌখ্রে। কদায়দগীনো ৱাখল অমনা চেনখিদুনা থম্বালবু মহাক্না কাজিন্দুনা থম্বীরবনি লৌখ্রে।

কররম্না শোহ্ লোইখিবনো বিধুদি খংতৌদ্রে। ওন্না হৌবগা শোনগা তেনবগা ইভন ওন্না লোইথোকখ্রে। ভাবক মন্নামহ্ পেলহৌদ্রে। খুদক অহুদা ময়ান্না তকশিন্দুনা শো অহ্ মথংগী নোংমাইজিং মুখিংতা অমুক হনবা হায়না লাউথোকখ্রে। ভাবক কাৱখ্রে। অফিসার, ঠিকাদার, মচিন তোংবা মীওই খর হায়বদি বিরেনগী সার্কল খর অসিদি থম্বালবু থাগংতুনা লৈরি। মখোই খর ষ্টেজদা কাখংতুনা মুংঙাইরি অহুগা ওসি থম্বালগী অওকপা এক্তিংগীদমক থম্বালগী মনিংদা হৌজিক পার্টি তৌথিনি হায়রে। বিরেন্না কজনা লাউথোক্লে—"মরূপ মপাং পুন্নমক হৌজিক শ্রীমতি থম্বাল দেবীগী মিংদা চা কপ অমমমতং থকপিখিনবা হায়জরি।"

ময়াম খুবাক খুই। থম্বাল মূক হৌগংতুনা ইচম চম্না হায়রকই—

"ঐদি য়াওজবা ওমজৱবোই অমুক চাকওন থোংগৎবনিনা খর ওন্না হৃপ্তগে।" অসি হ য়রম্নগা ষ্টেজদগী কুমথরকুনা চৌকিদা মমিং উইশিন্দুনা মরু লুকথহনা কম্নীশা মপা অহুগী মথেংবান্দা পায়হুনা 'হৌগৎলো চৎলসি" হায়রুই।

ময়াম অদো মন্নরনা শুদ্ধংপ্ৰবশুম তুমিন তুমিন য়েংহুনা লৈ। থম্বাল বিধুগী মাং থাহুনা হোলদগী মপাল থোকখ্রে।

# উচি লাং

নোংমা কালেনগী শারবা নুংথিলনি। শোৌখিবা হুমাংনা লিংলিবা ফুরিংতু নঙল মথৈ পুমচোং চোংলদুনা হকচাংদ ভইঙ ভইঙবা মনিল অমা কাওরক্লবা তাঙ্গা অদুদা ঐহাক চৌকিদগী হোৌগৎলুনা কম্মুংদা হাইথঙবদা মঙায়রি, ঐগী থোংজিলদা মথুং অনিনা থোংবা নাম নাম পায়রদুনা চপ লেপলরে—ঐখোইগী অরাংথবদা হন্দক্তা হোংলকুনা লৈরবী, কন্নুনি। মখোইগী মপাদি রেল গাড়ীগী ড্রাইভরনি হায়। মুস্থু য়াম্মা মুই হায়। ঐদি অমুক্তা মশক উদ্রি। কন্নুখোইগী ইমুংনদি মখোইগী বাবা অসি অহানবদদি পংমু মুবমদে রেল থৌডৈদগী কয়লা মথীনা মুশিনহনগ্রবনি হায়। অদুবু ঐদি থাজদে মরমদি কন্নু অসি পংঙৌ ঙৌদে, মমাদি নিংথিজনা ঙৌই। কুচুদা পাওম্রবস্থ কন্নুবু মশক থী হায়বসিদি কনাগী মচিন্দগী ঐহাক তাদ্রি। অদুগা ঐঙোন্দদি কন্নুগী মুরেনবা কুচু অসিনা গোইনা থংঘাইদা ময়েক শেংবা হেল্লি। মমাম্মা কন্নুগী মরমদা রাবী শানরকপদা ঐনা ইতোমতা খনখি “কন্নিগুম্বা কন্নুগী কুচু অসিনা ঙৌরম্বা থেক্লবদি মহাক্কী শুক্ষংনিংঙাইরবা মতৌ অসি লৈরমদোইদবনি।” ঐগী রাখল অসি মীঙোন্দদি খক হায়দোক্তে। হায়দোক্লগ্রবস্থু মখোইনা কন্নুবু মুই হেক হায়রকপদা ঐগী থম্মোইনা মখোলদি থোক্তনা হেক্তা খুমখি “অদুনা কজম্রিবনি।” কন্নু ঐখোইদা স্কুলগী লাক্লগ্রবস্থু য়াম্মা তোয়না কোয়রকপা ভত্তে। অদুবু ঐগী কাদদি

থক চংলক্কে। ঐগী কাদ চংলক্ত্রবসু ঐগী কাগী মরমদা রারী শাবদি ঐনা য়াম্না তোয়না তায। ক্নুবু লাক্লবদি ঐহাক চংথোক্কদবগী কি শেংলম্বা কাওবা কোক চিকলে হায়শিন্নহ্নুনা হেক্তা লৈ। থংনবা কাদা ক্নুনা ঙাংবা তাই। "সিং দাগী বেদ কোন্তর অসিগুম্বা ঐসু পামজে, সিংদানা মনিপুর থোাকপদা ঐগীসু অমত্তা পুবিরকউ হায়বতাই।" মসিদা ভাবদা ঐহাক ইশাদি কম্মু দা হিপলি, রাখলদি ইম্ফাল য়ৌথ্রে। হেন্দলুমগী ফি যোনবা ঢুকান মখৈ কোয়চেন চেন্দুনা ক্নুনা পামগদবা বেদ কোন্তর থিরি।

নোংম মযাম দিল্লগী রারী শাবদা বেঙ্গলী ফিল্ম অমথক ক্নুনা য়েংনিংঙি হায়খি। ঐনা অমুক ঙাইডমদনা য়েংলুসি হাযনা হৌকখি। ক্নুনা মাদি মপাদা হাযহৌদ্রে মপাগী য়াথং য়াওদনা চংনিংদে হান্নবকখি। ঐগী ইমান্নবশিংনদি রা অসি ইচম চম্না লৌই। মখোইনা হায়, লৈশাবী অমা সিনেমা য়েংলুসি হাযহ্নুনা হৌক্কবদা মপাদা হায়হৌদ্রে, কোন্না মপাদা হায়রগা য়েংলুসি হায়বতনি। ঐঙোন্দদি মহু নৎখিদ্রে। মতম চঙনা থরাই য়াওনা নান নান্দুনা শাগৎচবা ঐগী ফুরাদো মপুং ফাবক্লবা মতমদা খংহৌদনা নিংথায়খিবগুম থোকখ্রে। মুমিং অহুদগী হৌনা ঐগী থম্মোইদা পোৎথাকম খ'দ্রবা রাখল অমনা লৈবা হৌখি। মসিগী মমাংদা ঐ কণৌঙৈদসু ক্নুগী মপা অমদি ইমুগী মরমদা খংনিংলুবা হংনিংলুবা লৈরমখিদে। ক্নুমক্কী মরমদসু মুন্না থিজিলনিংলুখিদে। অহুবু মতুং অসিদগীদি ঐগী রাখলদা খল্লুবা নাইদনা হৌরককম খংদ্রবা ঈথক অমনা থম্মোইদা ততনা লৈরি।

ক্নুদি বাঙ্গালীনি। নোংপোক বাঙ্গলাদগী চেম্ঘোরকপনি, মমিং অশেংবদি রেনুকা রোয়নি। ক্নুখোইনা চেল্লকপগী রারীদি ঐ থক তাদ্রি, অহুবু ঐহাক্না ক্নুর শমহুনা শোংলবা জঙ্গোল, রাংলবা চীংদোল অমদি লুররা লোকচপ কয়া কয়া লাম্ঘোরকপগী রাখলদি নিংশিংলুবতদা হমাং অনপ্পা তোয়না কাংলি।

ঐহাক্কী পোত্থাফম খংত্রবা মাথলগী ঈপাক্তা হৌরকপা ঈথকপু লাকশিনবিনবা তোর্ব্বান চাংজৌদি কুমুস্ন হিন্দুনি হায়বসিতনা ওইরম্মী।

কুমুখোইগী গুহাগী ঈশিংদি মাম্না ইংভি হায়দুনা ঈশিং চিংথং-শিন্নরগা ঐনা মথোইগী চাকথুমদা শিজিন্নবা পোৎ-চৈ, য়েনশাং কাওবা মুম্না থংদোকই। ফিজেৎ, চাকচা, লোনচৎ, শাজৎ ইমান মায়ে; মুপীগী ফিজেৎতা থম্নদং খেন্নবদুস্ন মপানথোংদনি, মসিদা খেন্নরিবসি লোলভনি। লোল অসিস্ন লৈমিন্নরগদি অমতনি, থম্মোইদা থম্মোইনা ভাংবা লোলবু পৃথিবীসিদা মখল অনি গুরিব্রা? অমতনি। মসিদা ঐনা ভকলিবদি মশক উদবা পল অমনা কুমু অমসুং ঐহাক্কী মরুক অসিদা লৈরিবসিনি। ঐনা কুমুগী মরমদা থম্মু খম্মুরুরগা মশক উদবা পল অসি অসুম অসুম রাংথংলকপগুম তৌরি।

ঐগী কাদা অমুক্তা চংলক্কবা কুমুনা ভসি ঐগী থোংজিলদা মতোমতা লেপ্পবা উবদা ঐহাক মহ্রনা গুমজিনপ্রবগুম রা ভাংথোকপা ভমদনা কুমুদা মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী। কুমু প্রপ প্রপ চংলকুনা ঐগী খুদাং তাপ পায়রগা মপাললোমদা খুদোস্নীনা থিল্লি। ঐহাক্কা য়েংখিবদদি লৈপরেং অমা য়েন্দায়দা হাপ্তুনা লৈরমলে। ঐহাক ভক্লদুনা মভোন্দা কবিনো হায়দুনা হংগে থল্লকপমক্তদা কুমু থোকখিদুনা য়েন্দায়দু পায়-খংখ্রে অদুগা চংসি হায়বগী মওংদা ইঙ্গীৎ তৌরে। ঐস্ন কুমুগী মতুং প্রপ প্রপ ইল্লে। খংহৌদনা ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান উমানন্দগী মপা য়োরে। কুমু কুমথখিদুনা হি মচা অনদা তোংখ্রে, ঐস্ন মাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমলে। ব্রহ্মপুত্রগী ঈয়ায় য়োরকপদদি হিদো মথস্তা চেন্নজরে। অভকপা মতৌনি পুন্সিদা উখিদ্রিবা শক্তম অদু ইমাংদা লৈরে। ঈশিংগী কোঙ্গোলনা সনাগী লৈতেংগুম তরঙদা পাইরে। কজবদু উবদা কুমুস্ন ভাখরকলে। হয়াউবগী ভমথৈ লৈত্রবা ঐনা লাইজ ইরিক্তু ফাবগা সনাগী লৈতেংগুম কুমুগী ভকশমদা অমমমতা ওইনা নম্নীরে। খংহৌদনা কামাখ্যা মন্দিরগী চীংথোং য়োরে। মীনা কানখিজ্রিবা লম্বীদা ঐন কুমুবু চীংথংপা লাক্তরি। করম্মা শক্তিনা হাপ্লিবা পাজললো

ঐনা ভৌবদা ওমথবা লৈখিদ্রে। থিন্দনা মন্দির য়োয়ে। পোন নিবা অঙাংশিংনা পুমকোয় কোয়রে, ঐনা মুরিংথাউদগী লৌথোকুনা পিবদা অরেইবা নাইখিদ্রে। পাওা অনি অহয়া রুমগা ঐনবু শেখায়ুনা চাগদোবহু মওাই য়েংলিবা। ঐনা তিঙক মায়ওরবিঙৈদো রুমুনা খুং লাকুনা মন্দিরগী মমাংদা লৈরিবা কুণ্ড অদোমদা চিংলে। কুমথহুনা ঈশিং লোয়ে খুং শা হামদোক্লে হাকচাংদা থিকতোকলে। নাকলদা কমলিবা শ্রীশ্রীগনেশগী মুর্তিদা ঐথোয় অনিনা খুৎ লোয়রে। অহুদগী কাথংলকুনা লাইনুং ওয়া চংলকলে। পাওা য়াওদনা, পৈশা তিংদনা অমুক্ত লাইনুং য়োঁজবক্তিবা ঐহাক্তো ওসিদি দেবীনা থোং লাওনা হাংদোকপিরমলে। ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শুদ্র জাৎ অমুক থায়রুবা লৈত্রে, ঐগী নিংজবা খুংলে পুন্নমক অমতা ওইগ্রে। অহুবু ঐগী থম্মোইদা কাওরিবা রুমু অমদি ঐহাক অনিগী মরক্তা লৈরিবা পল অহুবুদি কাওথোকপা ইওম মওমখিদ্রে। মথং মথং কুমথরকুনা দেবীগী লাইমাং য়োয়ে। রুমুনা দেবীগী খুয়াদগী ঈশিং লোয়গা মকোক্তা হাপলে ঐসু মাগী মতৌ তমলে। রুমুনা য়েন্দায়দগী লৈ পরেং অহু লৌখৎলগা দেবীদা কংলে, অহুদগী থুরুমহুনা লৌথোকলগা খংহৌদনা ঐগী ওকশমদা হুকগ্রে। ঐহাক মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। ঐথোই অনিমক দেবীবু খুরুমলগা ঐনা মাং থাহুনা থোয়কলে। মহৌশা থোরুখিবা লম্বী অদোমদা থোরক্তে, ঐথোইনা চংলকপা থোং অদোমদা প্রপ প্রপ থোয়ক্লে। য়োংকি থোং অহু সব ইম্বোকুনা ঐহাক্তা মপান হেক য়োবদা রুমুনা খংলাউ লাউরক্লে, হন্না য়েংখিবদদি রুমুদো মথোং নাম্মা থোংনা চপগ্রে। ঐনা চোংশিন্দুনা চিংথোকপা লারুবদা য়াবা লৈখিদ্রে। রুমু থোম্বাং হাপকৎহুনা কংলকলে, ঐহাক পাথংগ্রে.........। মিং খংপাও পাও-থোরকপদদি চোংঙা শঙ্গু অমনা লাক্লা লাক্লা থোংহুনা মতৌ অমা ওইরমলে। কৈদৌরবনো হায়রুনা হৌগৎহুনা কোমেং য়েংলুবদদি চাক-শঙা উচি কানবা হায়হুনা লাংদা ঐনা পাউ রুটি মচেৎ অমা থাকলম্বহুদা চোংঙা অমা মথোংদা লৌশিন্দুনা লৈরমলে।

# মনোরমা

"কৈণাম ভুবন উকিলগী মচা মুপী হল্লক্কুনা লৈরিবগে, ঐদি ওল্লোক্লা পামজক্রেদা ভাই।"

"লৈশাবী অস্থপ য়াম্না লৈরবসিদা নংনা মো মোদ হায়রবসিবু ভাই নং নশাম্থ নহানি চিন্দুং ইনখিহ্না তোক্লরনি, ঐদি মুংশা থীবিরিয়ে।"

"নংনদি য়াবিরি, ঐদি চিন্দুংবু ইনবিরবদি মুংঙাইজরনি খন্দুনা মুংতিগী শোক্লরিবনে।"

"মশক কয়ামুক কজগ্রব জাংনোনে নংগী মো হল্লকপি হায়রিবসিবু?

"কজবা, কজদবগী রা কৈস্থ লৈতে, কজবা ঙাক্লস্থ থম্মোই হুবা নত্তে, সিনেমাদ উরিবা কজবী ময়াম অসিবু নোংমতবু নিংশিংলুব্রনে নংবো।"

"নংগিসিবু ভাই, পুন্সিগী বসন্ত অয়ুক্তো অহানবা হুমিৎকী মশেক্লা য়েবকা হায়বহুবনে; হায়বদি অদোম্থু ইমানা পোকচৈগী মোয়াংথাং অসি নত্তনা অতৈ মুংশিনবকা হায়বত্থু ইথেংমক থেংনবিরক্তি ত্রা হায়বা?"

"থীনা হায়রেদা ভাই।"

"অথীবা রা নত্তে য়াম্না কজবা য়ানি। মুপীরোমদা হাক্লপা সতি সাবিত্রী মহায়বা, মুপারোমদা হাযরগনা ভাইখোইগুম্বা, কন্নি হায়বগে? য়াবিনিংজবরাউ?"

"নহাকী প্রমানসি য়াম্নদি কজে, অদুবু ঐহাকী থরাইনদি খোই-দাজদে। ঐনা হায়ব্রিবসি ফাগী নত্তে, নংসু অমুক্তং উব্রবদি মাগী মমিং অনিদো—ও।"

"নংগীসিবু ভাই মমিং য়াম্না কজবা জাৎলা, শক্তি মিত্তাব্রা, নত্রগা থম্লাল লকাব্রা?"

'মিংতা ফজবগী ব্রা নত্তেনে নংসু অমুক্তং উব্রগা হেক্তা খঙগনি, ঐগী ৱাহৈনা ফোংদোকপা ওমত্রবনিনে ওমত্রবা। কৱিগুম্বা ঐনা লাই-রেকপা অমা অদুক ওইদুনা য়েকথোক্লবদি মানগত্রা মদু কাওবা ঐ থাজদে। কৱিগুম্বা ইমা ইবেম্মা মহেগী লাইরেম্বীনা ঐগী লৈরেং অসিদা তোংবিব্রবদি ঐগী থম্মোইদ তারিব মমি অসে ৱাহৈ ওইনা ফোংদোকপা ওমগত্রা খল্লি।"

"মুংশিব অশেংব হায়বসিদি ৱাহৈনা ফোংদোকপা ওমদে হায়নবসি ঐসু তাদবা নত্তে, মতায়; অদুদা খুদম অমতং উত্রগ'দ কৱম্না থাজৱসিগে হায়দুনা লৈব্রকপনি। ওসি নরেন্দ্র বাবুগী মুংশি প্রতিমা অসি ৱাহৈনা ফোংদোকপা ওমত্রে, অদুগা কলাকারগী তুৱিনা চিংবদসু য়োৱরোই হায়-বসিনদি, ঐসু তাইগিসি অশেংবা মুংশিবা হায়বদু ওইগদৌরব্রা হায়দুনা চিংনদবা ওমত্রে। অদুম ওইনমক, মাগী মিংতাদুবু ঐদি ফোটো নমদুনা লাইবক অমুক্তংদি রেংনিংশ্রেবা, নত্তে, ফোটোদসু চপ চানা তাবা ওম্ন-ব্রোইদবা জাৎলা হায়মী?"

ভাই, অতৈদ তোগে তৌ, থম্মোইগী ৱাকমদা কাগি তৌব হোন-দবনি, "লিম্না চিক্রিবা মীশিংনা লিম্না চিকপগী চৈনা খংবা হৌনদে।"

মহাক চাম্না শাউখিদোরে হায়বা উৱদুনা ঐ নাথৈরে। "ঐবুসু নোংমত্ত উহল্লুদনা, ননে হায়ব্রিবদু ঐসু উৱগদি খংলকপা য়াই।"

"হয়েং হেক্তা চৎলুসিনে, ঐখোইগী লৌগী কেশদু মহোই মপানা লেপ্পীবনি।"

"কৈনে।"

"অদুদি হয়েংসি শোয়নব য়াত্রেকো?"

"হোয়নে হোয়নে।"

ভুবন উকিলগী অফিস ওইগ্নিবা শঙ অসিগী মাঙোলদ ঐখোই অনিনা কপ্পহ্ন অ—মাঙোল উংখাক্লেন্দা ডাহুনা লেপ্পীবী নুপী অহুপা হেক্তা মায়োক্লবে। নুপী অসি কুহু ভোই। মমাগ্নহু থম্বাল লৈনাগী মওংনি। থম্বাল লকাবু ভমজবী মায়খোং হায়রবহুমক হেক য়াই। মহাক্তী লোইশিন থমজিন্দ্রবা শম্লাংনা মাংলোমদা হাইদোরক্লুনা নাকল য়েংলোম মৈরোমদা চোইজাইনররি। লৈখোক্তগী কোম্বরক্লবা চকু শারব থম্বালবু ভমজবী থবাক অনিন খ্বর হোন্দোক গোল্লিপদ হৌরকপ ঈপোম্না শল্লাংদ থোংবদ অশংব ফৌনান মাপংগী শত্তমদ লেং লেং চংপঙুম নিংথিরি। চেংলবা খ্বাংহুনা কোমগোম লাকলিব কনেক অহুনা নাম্বুগদবগী মিকুপ নাহুম শেন্নহুনা লৈরি।

মহাক্তী পিশুম অনি অহু শুকচিন্নরগা ঐংভান্দা নিশান থারকপহুদি ঐস্নু হায়কম থংদে। তেঙ্গা থোংহুনা লিরী চিংলুরগা তপ্প তপ্প খর খর থাদোরকপুম মহাক্তী শুকচল্লুরিবা পিশুম অনি অহু খর খর হন্দোরক্লুনা হান্নগী ফিবমদা লিরী হাপত্রবা লিকংগুম লৈপ্রে। মহাক্তী মনিং অনি অহু ঐভোন্দা লেডননা থম্মী। নরেন্না "মাগী মমিংতো" হায়রহুনা হান্না ঐভান্দা তাক্লপ্পহ্ন নত্রবদি ঐস্নু নুপী অসিগা মায়োক্লবা ভন্নগনি থাজবে। ঐদি নুপী অসিগী মমিংত কন্নি লৈবগে হায়রবসি য়েংগদবগী শেম শাহুনা লাক্লিবনিনা লৈখোক্ত্রে, মমিং অনি অহুদা মুম্না য়েংলে। ঐখোইনা কল্লীবসিগা পাংলাপ লাপ্পবা নত্তবনিনা শেংনা উবে—মাগী মমিং অনিদো ঐগী মায়দা থমকম ওইরুবতনি, মানা য়েংলিবহুদি ঐবু নংলমত্রে শুন্দ্রংদা ইহাং হাংনা লৈব ওইরমলে।

লম্বীদ ঐখোই অনি রাবী শাহুনা লাকই।

"কমদোই উবেদনা।"

"নুপী অসিনা হল্লকলিবসিগী মরমসি ঐ ভাব তারে।"

"খিং তৌখংলকখিন্নুসে, মশক উরুবদা ভায়রিব মমিং কাউবা

থংগ্রিবহুনম্থু মানা হল্লকপগী মরম থংঙেগা হায়ঙ্জিল্লকপহুদি খিং থঙমনখ্রে হায়রানি। অদোমগী মিংত্থু দেবচক্কু মক্তি নত্তেদনা।”

“দেব চক্কু হায়গেরা, হরিনয়ন কৌগেরা, ভাইনা খোল্লিংবা অমা খোল্লো, ঐদি মানা হল্লকপসিগী মরমসি থঙলবনি।”

“অহুদি ফরে, হায়রো চুমম্নবদি ফরে চুমত্রবদি চোপ্লেদো ?”

“ঐনা থঙ্ঙিবা অপিবুদি অচুম্বনি, চুম্মী চুমদে পরিক্ষা লৌবিগদৌরিবা অদোম্বু হায়া থংবিরবরনে ?”

“ঐদি হুমহুনা থিকগদৌরিব।”

“থিবিকম্থু থিবিরুম্থু, থঙন্দা কয়া মুংঙাইরোই।”

“কিয়ক্লরিনি ঐনা থিরুনি হাযবসিদা, সৈত্য ঐদি থিরুদৌরিজাংনি।”

“অদোম্না মান থিবিকত্রবম্থু ঐ হেক্তা ভাকথাকচরগে—অদোম্বু হুই অঙাওবকা থেংনবিরব্রা ?”

“কদোমদগী কোথংলকলিবা রানো অহুনা ?”

“খুমদ মথুম্বীষুবা।”

‘থেংনজরে, নহাল হাওবমগী হুইজাওহু ঙাওরকুনা লোইশিনখ্রেদনা।”

“হুই অঙাওবনা শুন্দ্রংদা থেংবা মিংয়েং অহুমক্তি অনোমগী ইবেম্মসিনা য়েংলিবা মিৎয়েংসি।”

“অহুনা মুপী.সি ঙাওরে, ঙাওরহুনা হল্লকইবনি, সি হায়গে, নত্রগা ?”

“য়াম্না থীনা ঙাওত্রগম্থু মিহুল থরদি শোঘদনা চোইরবজাংনি।”

‘নংনা হায়রিবসি কাগি নত্রেকো ?”

“করিনোনে, মীবু ঙাওদনা ঙাওই হায়ব য়াত্রো ? মিহুল নামদি শোরদনা য়াংশবা জাংনি। অহু নত্রগবু অহুক নৌরিবী মুপী মানা ভৌরিব কাইদা, মফি মরোল কাওব মী লাক্লবদি লোইশিনগনি হায়বগী ভাক সৈতবা অহুনবু ঙাওব নত্তনা করি ওইগদৌরিবনো ?

মহাক্না লিংঙৌবা ফুরিং, কনেক মণেং, মুপাদ যেংব মিংথেং অসি থিবিক অসি ঐনা পুথোকুনা ভাংবত্নদা নরেনসি মথরাই সুংঙ্গাইত্রে। ঐদি মৌ অসি কোয়হননিংদত্নুনা পংহায় হায়ঙ্জিল্লুবনি, অত্নবু মাদি মুপী অসিগী মরমদা অশেংবা থংলক্তি মথৈ ঐগী ইনাক্তা লাকলরোই হায়রে।

চয়োল অমরোমগী মন্নংদা মহাক্নী রিসর্চ লোইরত্নুনা লাক্লে। নরেন, তহা তহাদে, রাথলন নন্থরনাল্লে, মমায়ত্নু ইরূম লুমথরত্নুনা নাক্ত ফম্মে।

"কদোরে, য়াম্না চীং লেমথোরক্রবদে? কল তারবরো, ঐনা হায়বত্ন চুম্নুরিনি?"

"চুম্মে ভাই"

হা, চান্ননা ভাওরব জাংলো?"

"তংশেংনমক ভাওত্নুনা চংপা হায়বত্নমক্তি নত্তে, মহাক্নী অসি রা ভাংদবী জাংনি।"

"হৈ! রা ভাংদবী অসিনি লাইরেংবা লুই হায়নরিবদি।"

"মাগিসি মরম অমদগী ভাংলোকপা য়াদত্নুনা ভাংদবদনি, করম্নবুদি ভাংলুগনি, ভানা রা ভাঙ্গে তৌবগা ঈশিংনা পল্লি হায়বত্নুনি।"

"কমদৌরি জাংনো?"

"মথোইগীসি য়াম্না শাংগ্রবা রারীনি, মরি মরি য়াম্না শম্লগ্রে, মরুদি মপা উকিল অসিনি!"

"অত্নবু লীথোরকও তারসি হায়বনি।"

"ঐখোইনা নহাল ফম্নুবা শঙ মচাদো, উকিলগী আফিসডো, মত্নদগী হৌবনি।"

"থিং লীথোরক্লো কদোপে।"

"করে লীরগো, মুপী অসিগী মমিংসি মনোরমা কৌই মহাক্নী মমা সনাসি চহিদি ৩১ রেংমগী মথক্তি অত্নবু মচা মুপী অসিগা লেংগা ওইনা উই। মাগী মপা উকিল অসিদি নংহু থংলিবত্নুনি মশা মউ ফত্রদো, মানা শুগে মথৈ শুরবদা চহি ৪০ মওইদনা। উকিল অসিনা মরক

মরক্তা অরুবা কেশ শুরিবনি হায়ত্না মাগী আফিস অসিদা থোং চেক্তেং লোনশিন্নুনা অহিং নোংশোয়বা শূবা জাংনি।

নোংমদি মানা অকবা কেশ শুরিঙৈদা মতু সনা অসিনা নুমিদাং ভুমমদাইদ সেন্দল থিরকপদা ওসাই নুংথিল মাগী শঙ মচা অসিনা কম্নস্বদগী চিংথরম্মে হায়বা নিংশিংলকুনা লোকগে থোরক্লে। মানা থোঙ হাংদোকউ সেন্দল লৈহৌবে হায়রুবদা গুকং গুরুং তৌই নুপী মথোলস্থু তায় হায়ত্না মচানুপীস্থ মনেম্বোকপুস্থ কৌথোক্লে। চেনবা য়াথিত্রত্না ভুবন উকিলগা অকবা কেশ শূমিন্নরম্বা নুপী অহু কাবে। মসিগী হাক্তক্তগী মতু সনাসি মপামদ মতম থর লৈকরবনি। মচা নুপী মনোরমাসি লুহোংলমদাইদ অমুক হল্লকপনি। হন্দক মপামদগী হল্লকপা অসিদগীদি সনা অসি মীওক মীচান কৈ হায়নখ্রে। ভুবন উকিলগী থোংথাং পানবস্থ তোকখ্রে।

মনোরমাগী নুপাসি কোলেজগী ওজানি খাগেমপল্লিদা লৈবনি, হাইকেৎ নুংঙাইব ইমুংনি, মপাদি লৈত্রে। মনোরমাদি মপা মমাগী অমত্তা ঙাইজব, মথক্তস্থ শাত্রবী মখাদস্থ পোমত্রবী মচা নুপা নুপী পুন্না শক্তুনা কেনা মৌনা য়োক্লকপিনি।

মনোরমানা মচা পোকপা নুমিৎতগী সনাসি খাগেমপল্লিদা মচ গীদ লৈখ্রে। মচাগী মক্তি মরোল শুবীনবা মীস্থ তো ঙান্ন থম্মীবনি, সনান মনোরমাবু শংঙুরবগী মরম থোইনা লৈতে। অহুম ওইনমক মপামদ কেথোক্ল লৈজরকপী মনোরমানিন মমান মনাক্তা লৈবিবহু থোইদোক্লা নুংঙাইজে। ইমুং অসিস্থ মী য়ামদবনিন মীওক মীচান কবী সনান মতম থর লৈবিবসিদি ওস্থোক্ল উপাই ওইনবে। সনাস্থ চয়োল অমগী মনুংদা নোংমতনি মযুমদা হল্লুবা, মচাগী ইমুং অসি মানা কোনবিত্না লৈবে। অস্থন্না লৈরকপসি থা অনি অহুম শুবে। ভুবন উকিলগিদি মযুমদা মনাই মশল থম্নবনিন সনা লৈব লৈতব অজ্ঞানি।

মনোরমা মশা শেংলত্না চাকথুম চংলবা মতুং অহু কাওবা মাগী নুপাসি মাবু থৌওইবিত্রে। মতম থরদি মনোরমাস্থ অহুম তুমিন্না

লৈরম্মী। মাগী মুপাসিনা মাবু ইথৌমক থোওইবিদ্রব অদুদদি মথন্নাই মুংঙাইরক্তে। মমা সনাগ মাগী মুপাসিগ য়াম্ন কোইনদবা মতৌ, অদুগা মরক মরক্তা মঙোন্দ তৌবা মওংদু মাগী মুপাসিন মমাদ হেক হেক তৌব থর থর অসুম থেংনরকপ অদুদা মনোরমাসি মপুক্লিংদ চিংনবা পোক্লে।

নোংম অহিং অমা মনোরমাসি তুমশিন্নদুনা লৈরে। নোংয়ায় মতুং অদুরাইদ মাগী মুপাসি থোঙ তপ্পা হাংদোক্তুনা থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মমা সনাসিদু হৌগৎতুনা তুমিন্না মপান থোকখ্রে। মনোরমাগী থম্মোইদা মহৌশা কাওদবা মীহুল অমা কাওলমাল্লে মশাদু থক থক নিকই। মোন মখাদগী টোর্চলাইট অদু লৌরগা তপ্পা মনিল মহা নাইদনা থোংজিল ময়া য়োম্বে। থোঙদু তপ্পা পায়দুনা লেপ্পদা লোয়া য়া ঙাংনবগী মথোঙ্গ তায়। মানা থোঙদু কৎ হাংদোক্লগা টোর্চলাইট অদু কাওদুনা খেংলুবদা মাঙোল কাচিন্দা মমা সনাগা মাগী মুপা অসিগা লৈমিন্নরম্মে। মনোরমা, লেপ্লখ্রগী অদুম রাম্থরে। ময়াম হৌদোক্লদুনা লাক্লবদগী হুম্বরক্তুনা জ্ঞান লাক্লে, অদুবু অরাবদি মাগী য়া ঙাংথোক্লবগী শক্তি অদুদি য়াওরক্তে। মা য়া ঙাংখিদ্রে।

"মসিনি ভাই, মনোরমান হৌজিক য়া ঙাংদ্রিবসি।"

"অদুদা ভাইনা লীবসিদা ঐনা হংনিংবা য়াকম থর লৈরে; হায়বদি, ওসাইগী থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসি মনোরমানা মচা পোক্তুনা মমা সনানা মখোইদা থা অনি অদুম লৈবদু কাওবদি ময়ামসু তারু উরুবনিন ভাইন থিজিন্নুবদা অদুম মকংগনি। অদুগা অহিং অদুদা থোকখ্রিবা থৌদোক অসিদি মনোরমানে, মাগী মুপানে, মমা সনানে মখোই অদুম অসিদনি থংলিবা। মখোই অদুম অসিগী মরক্তগী কনান অণোমদ তমথোরকপনো? মদুদং থওজনিংঙি।"

"মদুদি কনানসু তমথোরকপা নত্তে।"

"অদু ওইরবদি ভাইগী ভাব তারেদো?"

"হৈমা, মশান তাব নত্রো? নহাকস্থ খন্দুনা য়েংগু, মমা সনাগা মন্না মুপাসিগা কোইনদে হায়রবসি মখোয় লৈকায়দুনা ইখঙ খঙনরবা রাকমনি। মনোরমাবু মাগী মুপা অসিনা থৌওইবিদে হায়রবসিস্থ মখোয় অহন্নাইগী মৌশিংদগী ফংলবা পাউনি। মমা সনানা লৈরুকম ইথোক থোক্ত্রবা মচাগী ইমুং অসিদা অস্থম লৈকরিবসিনদি মমুংদা মহাক্কী ইস্তরেস্ত অমা লৈরে হায়রবা তাক্লবনি। অহুনা হৌজিক সাহিত্যগী মচারু থললবা অসিগুম্নব অহিং অসিদা, থোকখ্রিবা থৌদোক অসে, অমুক্ত মিং উইশিন্দুনা য়েংবিয়ু. ঐনা হায়খিবস্থ শোয়দনা উবা ফংগনি। মরমদি মনোরমানা মখুৎতা টোর্চলাইট অমা পায়রগা মাঙ্গোলদ ভুরন্নসি "মমাগা, মরাগনা" খেংনবনে হায়য়ে। মনোরমানা মপান থোকপা কনাস্থ তাহৌদে, অহুগা মানা রাম্বরমদাইদ লাউখি খোংখিবস্থ লৈতে হায়য়ে। মসিনা তাকপদি মমাগা মরাগা অহিং অথেংবদা পুন্না মপান থোকমিন্নৈ হায়রবা অসিমা, অহুদগী লাউখি খোংখিবা তাদে হায়রবদি মনোরমানা মপান থোকপদা খং খোংতুনা লাউরম্বা য়াই, মহু মখোইনা তাহৌরমদবা য়াই, অহুবু হান্না থেংনবা মখোই অনিন, লাউখি খোংখিবা লৈতে হায়রবসিনদি, মনোরমানা রাম্বরমদাইদ লাউরমদে হায়রবসি, মখোই অনি খঙব তাই। পুন্নমক অসিগী মথক্তা চেনবা য়াদ্রবা রাকম অমনা ময়াম থোরুবকপা কান্দা মাঙ্গোল কাচিন্দ তেরা কম্বল অমা লৈরম্মী হায়রি। মহু কনান পুথোরুকপনো হায়রব অহুম খংনখিদ্রে।

"অতোপ্পা কন্নি হংনিংবা লৈরি?"

"হৌজিক মৌ রা ভাংদবী অসিগী মরমদা অদোমগী কন্নি মন্নী লৈবিরিবা?"

"ঐনা হৌজিক মনোরমাবু লাইয়েংগনি, রা ভাংহনগনি।"

"হয়ে হয়ে অদোম্না? মীগী মপা অসিনা হোৎনবা ওমদ্রে হায়রবো?"

"মখোইন লাইয়েং ওন্নবননি। নহাকস্থ উরেদনা মানা ঐখোইবু উরগা য়েংবা নিংয়েংদো। ঐনা হান্না মুন্না খংলুবননি। মানা মহাক্কী

মুপা অচুগী চহি লেংগা ওইবা মুপা মখৈবু ঙক্লা উই। কনাগুম্বনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলুবা অমদি মুংশিবগী মওং উৎলুব থোক্লবদি মা অতোপ্পা ম্নাখল অমদা তাউথিবগুম তৌই। ওইরম্বা য়াই, মহাক্লা ভাংথোকপা ঙমদ্রবা মমাংগী থোদোকপু নিংশিংবা, অমদি মুপা হায়বসি থাজবা য়াদেখনবা। অচুনা হৌজিক ঐনা তৌগদবা হায়ববু—

অহানবদা মানা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা নত্রগা কাউথ্রবা ম্নারীদো ঐনা মাগী মনাকোংদ লীবিচুনা তাহনবা। অনিশুবদা মান মুপাবু থাজত্রিবদো থাজবা য়াব মুপা লৈ হায়ব উৎপা। অনি অসিনি। নহাক্কী ম্নাহং লৈব্রিব্রা ?”

ঐ শ্বর মপী অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লগা ঙক হাই।

## লমন খুম্বা

ঐদি মনিপুরগী রাংমদা কুইনা লৈথোক্লুরবনিন, হনজিল্লকপদা ইরৈ-কাইগী মীশক ফাওবা ইথং থংনদ্রে। লৈকাইগী মৌ অমদি নৌনা হোংগংলকপা ইমুংগী মীশিং অসিদি মমিং মথা কাওবা ঐগোন্দদি পুমনৌ নৌনা থোক্লে। লৈকাই অসিদা অকবা মী অমনি হায়হন্নীংবনা ঐখোই লৈরক অসিদা থেংনবা মথৈ থংবা থংদবা ওক্তা পংইন্দা ইল্লি।

সলাম লৌরায়দগী হোংগংলকপা চহি অহুমলোমদা মঙাইরি হায়-রিবা থিংবাইজমগী ইমুং অসিদি শেন নমথীনা পাররবা জাৎনি হায়নৈ। ইন্নকেশন আফিসদা য়াওরিবা থিংবাইজম তোম্বা অসি মশাদি য়াম্না নাল্লী, অদুবু ময়াম্না মিতুল অমা হেনবগুম তৌবনি হায়। কদায়দ হেল্লিবা মিতুলনো ঐদি থেংনদ্রি। মানগা অনৌবা ওইরম্বগা ঐনা থোরকপ কুইত্রিবসিগা মতা অমা চানক্নুনা ঐখোই অনি তিন্নরি।

ঐখোই অনি ক্সুংথাংরাইরমচু সাইকল অমমম ইল্লহনা ভিগাপুর লম্বীদা অরাং পাংনা হাইগংলি। আফিসগী কম্বিগী তৌরিবা ঈন্নাং, লৈবাক্কী কররপসন, মুপীশিংগী ওকুবা শাজৎ, মরক অসিদা খুদোং চাবা লৌহৌন্নুনা খরনা মরাইবক শেমগৌরিবা ময়াম অসি ঐখোই অনিনা য়ারী শারম্বদগী ঐনা হায়কই—

"তোম্বা বাবু মনিপুর অসি কৈনো অমা তৌরেদা, মোরেলগী রাসি ইয়াওবু য়াওনরক্তে—ঐনা গোহাটিদা লৈরিঙৈদা তাববু—হা— লম-কেলদা মচা হন্দোকলম্মে— হা মচা লংথোক্লম্মে অসি ওাক্তা মঙাইগ্রে।"

"তৌববুদি বাবু, বাবুনা তাবিব পাউশিংস্থু হেক তাবদা খর ওক্লা থোক্লমগনি, মতাং অসিদা ঐগী তোংঙানবা মোং অমা লৈজে, হায়বদি, অওকপা থৌদোকশিং অসিবু থোক্লনবা ইনশিল্লকলিবা মচাক্তু কপ্পি লৈবগে হায়বসিদি ময়াম্না খক য়েংশিনবিদে—ওসাংগী বাবুনা হায়বিম্রিবা, মচাবু হুন্দোকপা, হেক লংথোকপা হায়রিবশিংসি তম্নাই তম্নাই হেক ওইথোকপা য়াবা পোং নত্তে, অদুবু ওইথোকহনকইবশিনদি, ঐখোইগী সমাজ অসিদা মসিদগী হেন্না ওক্ল ওক্লবা মশক কযামকম লৈরে হায়বসি মশানা তাবনি—অদুনা বাবু মিংতগী পিদি তৈথোক্লনা মিংশেলদমক নাম্ভোকপনদি হন্না হন্না মিংশেলসু মশ্বা তাবনি।"

"মদুবুদি অচুম্বনি, অদুদা বাবু খন্দুনা য়েংঙুদো, ইচাবু হেক লংথোকপা হায়বসিদি—হুঁ—ঐদি খনবদা রানা থোকই।"

"করে অদুদি ঐ চংন চংন রারী অমা তৌজগে।

"তৌরিয়ু তৌরিয় তাজগে।"

'ঐদি লরাযদ কুইনা লৈরক্লবনিন খংজবে, ঐখোইগী লরাই মুপা অমনা ইম্ফালগী নি ঙোল পাম্বসিদি হাযতুনা কান্নদবা জাংনি বাবু, চান্নবা হেক্তা মপামগ্রবা জাংনি—"

"সোমস্থু তৌবিকরবা জাংলনে হায়রিবিকসিবো?"

"হেরা, তাদ মতাওবা।"

"হোয় হোয়, কাগি তৌবনিদা।"

লরাইগী মচিঙ্গাক কাবক চাজরিবা ইম্ফালগ শঙ্গ তৌবা ইমুং অমনা মচানুপা বি, এ, অদুগী মমৌস্থু বি, এ, অমা ইম্ফালদগী কজবতুদি মৈত্তৈ রাইদা "শুরেং থোং থাউস্থু থাক্তু" হায়বস্থু তাগ্রবা জাংনি। মুপী অসি মশক মতৌস্থু লৈবা জাংনি, মহাক্কী অরাংপা হায়ববু মপা লৈতবা, অদুগা লাইরবা অনিসিদনি। মমানা লরাইগী ইনাক খুনবা ইমুং অসিগা লান চেনঙৈদা খংনখিবতুনা উপায় অম ওইরতুনা অরাং অপা লৌথোক লৌশিন তৌবা জাংনি। অদুগা লরা'গী ইমুং অসিনস্থু ইম্ফালগী নি ঙোল পামজবনিনা মতাংম কনা চারে হায়রতুনা মচানুপী

অসিনা বি, এ, কাওবা তম্বহ অতুম শোগৎলবা জাংনি। ইমুং অসিনা পৈশা মতিক চানা লৈবনিনা ইম্ফালদা ইংখোল লৈহুনা হোংগৎলক্লগনি হায়বহুদা চিংনবা লৈতনা লুখ্রাবী অসিসু মচা নুপীসি থাজবনি।

কিরাল মমায়নবু চুম্লবদি জিরি জিরি হাইগৎলি হায়হুনি নুপীসি লুহোংবা থা কাদ্রিভৈদা ইম্ফালগী হাইস্কুল অমদা ওজা ওইরে। ওজা হেক ওইবগা হপ্তা অমগী মনুংদা দিল্লীদা বি, এ, ইডুকেশন ট্রেনিংগীদমক ষ্টেটনা থানবা খনবদা য়াওরে।

"তোম্বা বাবুগিসিবু রারী ওইবনরা কবিনো থুনা খনমল্লিদা, ওজা অতৈ লৈত্রবনরা?

"ঐনা হায়জবিবসিনি কিরাল মমায়নবু চুম্লবদি জিরি জিরি অতুম হেক্তা কাবনি, বাবুনা হেন্না খংবিরিহুনি, হৌজিক্কী মতমদা শেল অমসুং শক অনি অসি লৈরবদা ওইরোইদবা কবিসু লৈতে।"

"ভাব তাজরে রারী মখা চংথবিরো।"

"খুল অমসুং ইমুংগী অহল লমন্নদি যুম পাল্লবী নুপীবু ল কৈদা মতোমতা কবম্না থাদোক্কদৌরিবনো, 'সিদা যুম ওজা অমা ওইবসিনা ওক্লেদা হায়রি। নহারোল মখৈনদি—থায়নগী খোংনা বৃন্দাবন চংলিভৈগী রাহ হৌজিক শুম্লংদা মী পাইরবা যুগ অসিদা চংনবা য়াবংপোৎ নত্রে হায়হুনা অহনশিং অহুবু চৈহৎপি। ওস্তোকপা যুগ হায়বদমক্লি অহলনা নহাবু রারক-রাতেম্নবম্বদো হৌজিক্তি নহানা অহনবু চংনলোন তাকপিরে। ইম্ফাল নিংভোলসি মাগী নুপা অহুনা দিল্লী ফাওবা থিনবিকবে।

পূজা ছুটিহু মমাম্নবীশিংগা থোকমিন্নরকই হায়হুনা যুম য়ৌরক্লে। নোংভাল্লগা মমাগীদা লৈখ্রে। মাগী পরিক্ষা লোইত্রিকাওবদি খর রাইশংনা লৈজসনু হায়হুনা ইমুংসিনসু পংথি থিজিল্লুদ্রে। পূজা ছুটি লোইরগা মমাম্নবীশিংগা অতুম চংমিন্নখ্রে।

খর লৈরগা মশা রাই শংদবগী পাউ পিরকই। নুপা অসি হরাউজে। মানা খল্লি দিল্লীগী ঈরাং চুরগদবা অভাংনি। মহাভারতকী রারীদা অভিমন্যুনা সুভদ্রাগী গর্ভদা লৈরিভৈদা মপা অর্জুনগা শ্রীকৃষ্ণপা

চক্রবিহুগী রারী শাবহু তাহৌহুনা মহাভারতকী লান্দা দ্রোনগী চক্রবিহু কাপথায়বা ঙমখি। অহুনদি অঙাং অসিনা মমাগী গর্ভদা লৈরিবৈ মমুং অসিদা, মমানা তাক উরুবা খিবিক অহুগী মমিহু অঙাং অসিদা শোয়দনা তাকম থোকই। দিল্লী হাযবসিদি ভারতকী কোনুং ওইরিবনিনা ফজবা অরুবা পুম্নমক্কী তিনফমনি। অহুনা মাগী অঙাংসি মনিপুরদ পোকপ অঙাংশিংদগিদি হৈশিংবা শোয়দনা হেল্লগনি হায়বা ভাব অসিদা মুপাসি হয়াওবনা লোইরে।

"অঙাং মপাসি মহাভাবতকাসু ফজনা থংইপোৎনিনা।"

"করিরানো বন্ধু, রারী লাইরিক তাবা হায়বসিদি হৌজিক্তি লরাইগী ওইরবনিনে, ইম্ফালদদি ভীমখোই হনুমানখোইনা কনবহু মরম চাদে রিজনিং য়াওদেকা হাযজিন্দুনা ফাগি তাহল্লবা পোৎনি।",

"হোয়নে হোযনে মখা চৎথরোনে।"

মুপা অসিনা পৈশাকাসু পংথা থাজিল্লি, খুদোংচাবা ফংলিঙৈদা চৎনিং য়েংনিংবা লোইনা য়েংথোরকউ, মতুংদা অমুক চৎপা ঙম্বগী রা লৈত্তে হায়রহুনা চিঠিকাসু ই-খোংলহুনা থাজিল্লি।

হায়গুম্রদনা চহি অমগা হায়বসি থাইনবি ফনা শাংব মতম ওইন তৌরম্বনি, হৌজিক্তি হৌখিবহুম থংহৌদ্রে হায়তুনি। অওইবমকসু হৌজিক্কী পুন্সিসি য়াম্না য়াঙনা চেল্লম'ল্লে।

"ভাইগিসিবু রারী মশাবা নব্রগা ভাইগী কমেস্তরা?"

"অহুম মতাঙবা।"

"ফৈনে ফৈনে।"

ইম্ফাল নিংতোল অসি পরিক্ষা লোইরহুনা থোরক্লে। মুপা অসি মুংঙাইরে। মাগী মুপীসি মঙোন্দা হাইকেৎ ঙম্নক চায়, অহুবু মহাক থক রারোদে, মহুগী মহুৎতা মহাক্কী মুপী অসি খুল অসিদা মথক্কা নম্বীনবা লৈত্রবনি থন্দুনা চাউথোকচে।

নোংম মখোই দিল্লী পর্টি, ছাত্র ছাত্রি ময়াম চাক চাননি হায়নো ঙম্বা চৎখিবহুনা মুনিং তাব্রব ফাওবা হল্লক্তে। মখোইগী চাক চানকম

অদুদা ইকাই ইকাইনা মাগী মুপা অসিনা থিরুরে। মখোই হাইদোরুখিবা কুইরে হায়রক্রে। লম্বীদা থৈনবা ওইরম্বা তারে হায়হুনা ময়ুমদ অমুক হল্লক্রে; অদুবু মাগী মুপী হল্লক্লমদ্রে। মহাক মুংশা থিরে। অহল লমমস্থ ভাংলে। মা ইকাইরে। অমুক থোক্লনা থিরুগদবস্থ ময়াম মমাংদা ইকাই-খাংদগী শাউথিহুনা মা ভসিদি লাকথিসনু হায়হুনা শিওহুনা লৈরে। শুপহল হল্লক্রে। অহিং নোং শোয়বা মহাক মিং কল্লা অমতা উইশিনথিদ্রে।

নোংডাল্লগা থিরুবদা মমাগী মনাক্তা লৈরম্মে। ইশম শম্না ভব্রাং চাক চানবা লোইরগা ময়াম সিনেমা য়েংঙ্ুবদগী থেংজোকপ্রহুনা মমাগী মনাক্তা চংলবনি হায়হুনা খুমলে। অদুবু নহাক্তি লৈশাবীমক্তি নত্রেদনা হায়রুবদু ইরায় লায়না—লৈশাবী নত্রগা কৈদোগে খুমদোরক্রে। মুপাসি রা মখা তাকম লৈত্রহুনা "ফরেনে অদুম লৈরোনে" হায়রম্লগা লাকলে। মুপীসি থোরা ইশা শাদনা অদুমক লৈহৌই।

ময়ুম য়োরগা মুপাসি য়াম্না মুংভাইরক্রে। মাগীসিবু কবি হায়রিবা ভাবনো হায়রহুনা মণ্ডল মণ্ডল খনবা হোরে। শুম মুংভাইশিল্লক্রে। মমৈথংদদি মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে। ময়ুমগী অহল লমম্না হংবদা মাগী মুপীসি মশা লুম্নহুনা স্কুল কাথোক কাশিল তৌবসি খর রারে, অনকপদা লৈবনা খুদোং চাবা হেনগনি খন্দুনা মমাগী মনাক্তা মতম খর লৈহল্লবনি হায়না খুমলে।

(মহাক্লা হুমহুনা থিবদা খংলে, দিল্লীদা মাগী মুপীগা য়াম্না চাম্নবা ভোক্তর তম্লীবা ছাত্র অমা লৈ, মখোই লৈকাইদগীনি, মখোয় অনিসি য়াম্না লোন্দিনৈ। পাউ অসি হেক ফংবদগিদি মুপা অসি শাউথিবনা মৈ হোরে।

মানা হোৎনজরুবা থিবিক উৎতা খী হৈরবা। অসিগীস্থ মথক্তা মানা মুংশিজরুবা শরুক অদুবু ফাগি শামবিরবা। মাগী খম্মোইদা পিরিবা জখম অসিদি মৈনা ঈশিংনা চামহুনস্থ কোকলবা লৈত্রে।

মহাক নুপী অসিবু হাংতুনস্থ পেনগদবা লৈত্রে। অঙাওবগা চপ মান্নশ্রে মথন্তা মুরুম মুরুম শোল্লি — "ঐনা চাকপগুম মাবুহ্ন চাকহনগনি, মা হিংনা হিংনা ভৌগদবনি" তৎপা লৈতে মানা শোল্লিবা।

মাগী নুপী অসিনা পাম্বা অমদি লুনা ভৌজবা পোৎ খংদে, মী খংদে, ওয়মক মাগী য়েক্লবা ওইনা লৌত্রে। পোৎতু থুগাইরগা অমদি মীচুগী মাংনবা শিল্লগা মা মুংঙাই।

মাগী নুপীশি থা সুজিল্লরুহুনা স্কুলদগী চুটি লৌরে। ইমুংগী অহল লময়া য়ুমদা পুথরগে হায়বদা নুপীমী মমা অসিনা ইন্ফালদনা খুদোংচাবা হেনগনি, মতমগী চংনবিনিনা মাইবী ভৌরহুসি নুপী ডোক্তরবু ভৌহনসি হায়হুনা মপামদা অহুম থমলে।

নুপা ময়ুম অসিদি শেন মরাং কায়বনিনা ডোক্তর কৌরু খোংলুবহু খুদক্তা হেক্তা লাকপি। নুমিদাং পুং ১০ তারকপগী অহুরাইদা অঙাং তারে, নুপানি হায়হুনা রা রা লাউনরে, হরাউনরে। অঙাংগী মপুবোক অসিনা তিল্লরিবা মরামহু চাউনা দক্কিনা ভৌরে, মহৈ মহৈ মুংঙাইনরে। যম্ভি চাউনা শোনগনি, লিলা ফালা ভৌনি হায়হুনা লিলা মমিং থিগৎনবস্থ য়াওরে, খরনা খোংজোমপর্ব্ব তানি হায়জিল্লকপস্থ য়াওই। নুপা ময়ুমদি ময়ুমদ পুথহুনা শোনবনা কগনি হায়রি, মপামগী কাংবুনদি সিদা স্থম শোল্লবা ভৌরসি হায়হুনা তক্লরি।

মথং নুমিৎকী নুমিদাংরাইরমহু খোম ইনবীনা খোম পীথরুম্বদ মঙাইরি অঙাং অহু ভৌরোক ভৌরহুনা তনোই তনোই মমানা কোন্দুনা লৈরম্মী।"

"কৈদৌরে লেপ্লবদি।"

"রারী লোইরে।"

"কৈনোনে ভোমবাবুগী রারী মরোইসিবু?"

ভোম্বা খুমলক্তে। ঐখোই অনিন চৎলম্মীবহু চীংমৈরোং মপা য়ৌরম্মে। ভোম্বনা হল্লসি হায়হুনা সাইকল ভোংখৎতুনা প্রপ প্রপ রা

মচেৎ অমত্তা ভাংনদনা থৌরকলে। ঐনা চিন্দি থোক্তে, পুক্লিংদা থম্লি— ময়াম্মা মিহুল অমা হেনবনি হায়বহুদি তৌইদনা। তোম্বখোইগী থোংগাল য়োরে। ঐনা বাবু লেংশিনহৌরো হায়রবদা তোম্বনা কুমথখোনে ঐগী বাবী লোইশিনখিগেনে হায়রকই। ঐনা ফল চোংথহুনা মনাক্তা চংশিল্লি।

"অঙাং মপাদো ঐনে, লেংঙো লৈজহৌরগে" হায়রগ চংখ্রে।

ঐ খোংনা সাইকলহু ইন্দুনা য়ুম য়োরক্লে।

# মচিন মৌপ্‌া

অহল অমনা নিংথেমচা ময়ুমগী ইংখোল মপা অসিদ লেপ্পগা মুকম মুকম শোল্লহসি থেংনবা অহুম মরিরক শুরে। ডাইহাক লেপ্পগা মুকম মুকম শোন্দুনা অহুমক হনখি। অঙাওবরা হায়রবসু মফি মরোল অহনা নত্তে হায়বা অহুম উংলি। মানা শোল্লিবসিদি কৱিনো, চোই-রোল্লা, মখোইগী সোনো চুবা হায়বহুব্রা হায়হুনা নোংমদি মনাক্তা নক্ল ইন্নহুনা তারুববু, মাগীহু অতৈ নংলমদ্রে, "মীরা ঙাংনবা মীরা ঙাংনবা, পেল্লরিনি পেল্লরিনি" হাইহে অনি অসিদ হন্না হন্না শোনবা ওইরমলে।

অহল অসি শগোল তোংবদগীনি হায়। নিংথেমচা ময়ুম অসিদা লৈরম্বনি হায়। অহুগা, থোকচোম্না লৈরিবা ইমুং অসিবু, মন্নাম্না নিংথেমচা ময়ুম হায়রিবসিনদি, মমুংদা রা অমদি শোরদনা লৈরম্বা তারে হায়বসি ঐ চান্নলা থাজরে। ঐহাক নোংমদি ইথোমক ওইনা লৈকাই অসিগী অহল অমদা চংহুনা মুন্না থিক্তিল্লুরে। অহুগা লৈস্রু লৈরম্মে—

নিংথেমচা ময়ুমগী দলান অসিদ শগোল-তোংবদগী অহল অসিনা কোন্দুনা থম্বালম্না হায়ব অমনে, থম্বালমরীক হায়ব অমনে মখোয় মচিন মৌপ্‌া লৈরম্মী। মচিন মৌপ্‌াসি ফাইবোক্সী। মমা সিজহু মখোয় অনিসি পোক্পদা অহুম লৈখিদ্রে। অঙাং অনি অসি মনে সনান অমা, মদোমচান অমা পুখি।

লান কায়বদা মচাই মচাইনখিহুনা মখোয়সি ইতোং-তোংনক্লদ্রবনি। মপা অঙৌম্নান লান মমুংদা ঠিকা তৌবহু পৈশা হেক্তা পেকপনি

হায়নৈ। লান হুজিসনবরুবা মতুং কাইনখংদা শাখিবা মন্নমনে হায়, হৌজিক লৈরিবা দলান অসি।

জাপান লান (পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও) মনুংদা মনিপুরদা চাইথোক্লম্বা শেল অসি অওকপনি, হেক্ত তাউব জাংনি। লোকশিনবা হৈহৌবা খরনা হৌজিক কাওনা নুংঙাইনহৌবিব অসিনি।

ত্রিপুরাগী বেঙ্ক কায়খিব অতুদা অঙৌস্নাগী মশেল মখৈ ঙম্ম য়াওগ্রবনি, মতুমক্তনা হেক মবম ওইতুনা মহাক অতুম লৈখিগ্রবনি। মতাং অসিদনি ইপা ইপুনা হায়নরম্বা—"না-শা, লেংদব লন্দি পৃথিবী ইমা ইবেম্ম অসিদনিকো" হায়রবদো। অঙৌস্নান লৌ পরি মঙাদং লৈশিনহৌবতুনা লেংদবা মবল হায়বত্র ওইতুনা মচিন মৌপ্‌াবনা মীগী খোংজিলদা লেপ্পুখিদে।

অঙৌস্নানা মবুম দলান অসি শারবা মতুদনি, মচিন মৌপ্‌াবু লৌশিন্দুনা থম্নম্বসি। মখোয় অনিসি পুরকপা মতমদ মুপীমচা থম্বাল-মরীক অসিদি লৈশাবী মচা পুকক কাজরে, অতুগা থম্বালসম দি মুপামচা ওইনা পুমঙাও ঙাওন লাকপনি। মখোয় অনিসি মচিন মৌপ্‌ানি হায়বরনি, পোকশদগী লৈমিন্নরক্তবনিনা ইনৌ নৌনা পুন্নবা অসিদ মমাল্লবদৌনা লোয়নৈ। থম্বালমরীক্লা মুপী ওইবগী গৌনবা জ্ঞান খর তাই।

মপা লৈখিগ্রবা মতুং অসিদা মনে সনা (হৌজিক নিংথেমচা মমুমদা লৈরিবা, থোকচোম সনা) অসিনা মতম খর লাক্তুনা লৈবিরম্বতু পংকুই কুইদে। মপানা থম্নম্বা শগোল তোংবদগী অহল অসিনা মচিন মপ্‌াবু কোনবিতুনা লৈ। মবুম মকৈনগ মুংঙাইরে, লৌ পব্রি মঙা অতুদগী চাগ্রগ লেমহৌব কৌ অতুনা তাইথোক্তুনা পৈশা মুংশাগী অরাবম্ব থোইলোকপদি লৈত্রে, অতুবু শেল লৈব ইমুং হায়রবতুমদি নত্রে। অতুম ওইনমক মরাম্নদি লৈরিবোইদ মনিংঙি।

থম্বালম্নান ইগাও চাওন লাইরিক তম্বতু থম্বালমরীক্ল কোয়েৎ মচা শাক্লনা মতেং পাংঙি। শগোল তোংবদগী অহল অসিনা ইংখোল শম্বল

অমদি লৌ শিঙ য়েংশিন্দুনা শোয়দনবা হোৎনৈ। থম্বালম্না মেট্রিক পাশ তৌরহুনা আফিস অমদা কেরানি ওইরে। চানববু য়াত্রবদি ইনাক খুল্লী হায়বহুনি, নিংথেমচা ময়ুমগী ইমুংসি মুংঙাইরে হায়নরে।

থম্বালমরীক অসিদি থরগা চাউবম শাংদম্বনে, লৈশাবী মপুং মরৈ চপ চানা কারবী হায়বহ্ ওইরহুনা য়েংবদা অডকপা ফংলে। হায়রবনস্ অমুকতোইরে।

"নিংথেমচা ময়ুমগী মচিন মোপ্পা অসিবু ময়ুম মকৈ পানবগী য়া ইতৌ তৌদবসিবু কমদৌরিব জাৎনো? মখোয় অনি অসিবু চুক শারনি হায়রববা?" ময়াম্ম ঙাংনব রানি।

"কররুনা অহল্লো, মুপী অসিন হনবরা, মুপা অসিন হনবরা, মখোয় অনি অসিবু থংদেনে, মুপা অসিন ইচে কৌবস্ কৌদে, মুপী অসিনা মবুংনি হায়বস্ তৌদ, মখোয় অনিমক মমিং মমিং কৌনবসিবু করি লোনচংনো? কররম নোম্নানো? ঐখোইদি থংজদেদা।" লৈকাইগী মৌনহাশিংনা তোয়না শাবা রারীনি।

" ওহোকপনিদা, মপুন্সি তেল্লকপোইদো অঙৌম্মদো, মচা অনি অসিনা ময়ুম মকৈ পানজব ফাওবদং লৈজরবদি, কয়াদ যেংব মুংঙাইজগবনো। অহুবুদি, মীগী মরাইবক্তা তম্নক া হায়বসিমস্ খেৎলুবা য়াব নত্তে, নহাল মপোক্তা মপা মমা মীরায়রকুনা হন্দক মপোক অসিদ মমা মপানা নাউকোনবিবা হায়বহ্ ফংদ্রবনিদোসে।" মসিনা অহল লমন্না শোম্মবা রানি।

থম্বালমরীক অসি মতম লিংখিদোরে হায়হুনা মনে স্নাখোই মন্দোল-খোইনা থাজনবা কন্না হোৎনৈ, অহুবু থম্বালমরীক্ক য়াব লৈতে; হায়দ হায়জিল্লুরগা য়ুম পাল্লরোই হেক্ত মহায়। নিংঙোল অসিন য়াত্রবনিনা পিবা অসিগী য়েংলসী হায়হুনা কন্না অমা হায়নরুরে. মহুস্ থম্বালম্নান শুপন্না য়াদে। মাগীদি মশান অপাম্ব পুশিনজরকনি, মন্নান্না কৈস্

য়াবিরুস্থ হায়দোকই। মখোয় অনিন নুংদ ঈশিং চাইবগুম লৈথোকপ্রব অড়ুদদি, ময়ামস্থ মচিন মৌপ্যাগী মমুম পানবগী য়াসি হৌদোক্লখিত্রে।

"মচিন মৌপ্যানি হায়দুনা লৈরিবা পাখং লৈশাবী অনি অসিন কাইবোক্লিগ হায়শিল্লে, পিক্লিডৈদগ লৈমিন্নরক্লে, চহিদি কুন্থা য়োদোবৈনি, হৌজিক কাওববু অমস্থ মমুম নাইখিগে হায়ত্রে, অমনস্থ মুপী খিগে খল্লে; মখোয় অনিন তৌজবা শারিবসিবু করি মতৌনো? ইকাই শঙ্গোই হাংঙেনে।" অস্থুন্না মুপী অঙাংনা কানা কানি ঙাংনরকপস্থ য়াওরে। অহল লমন খরনদি "মখোয় অনি অসি-মপা মমামদি নাউকোনবিরক্লবনিনা অমনা অমবু থাদোক্লবা ঙম্মত্রবনিনেসে; মুংশিদা, থাইন খল্বা খন্নু মচিন মৌপ্যানা তৌই হায়বত্নুনিনে, নিংথেমচা মমুমগী ইমুং অসিনবু লাইরবম্বা থোক্লবদি কয়াদনো মচিন মৌপ্যানা য়ারমগদবা।" অস্থুন্না শোন্নবিবস্থ ময়াওই।

মীগী ছিন্দ্রতবু থিনি বা, অরোনবতবু খঙনিঙবা, মাতনা হেন্নীংবা তাইবংনি। মসিমক লৈবংত্রগস্থ গুসি, চাউখৎপ হায়বসিমক, পুথ্রীদা ভুবা ঈশিংগুম মহৌশা খুংশেমগী বৌজালত ঙাইত্নুনা লৈরম্বা য়াই। অড়ুবু চাউখৎপনা ঐখোয়দা করি পীরিবা? মহৌশাগী খুংশেম থুগায়রগা, প্রকৃতিবু জয় তৌরগা ঐখোইনা করি ওইজরিবা? মসি থিজিন্নবদো অঙাওবনি। মানা অঙাওবা নত্রবদি করিগী মৈয়ানবীনা মৈরিদা চোংশিনগনি?

নোংমদি মচিন মৌপ্যা অনিসি পুন্না লংফৈগী যাত্রা তৌত্রে। মমুমমু শগোলতোংবদগী অহল অসিনা শঙংহৌই। লৈকাই অসি মথুম মন্নাং হৌরে। ঈশিংদা তাখিব পোৎকী মপা লাক্লবগুম মচিন মৌপ্যাগী খোংচৎ অসি মহৈ মহৈ মপা থিন্নদুনা তাকপা তান্নরি। অড়ুদা লুরিববু, পোৎকী মপুদি য়াওদবনা কনাস্থ চোংখত্নুনা ঈকল্পদে। নহারোল মখৈনা হায়রি "মখোয় অনি অঙাং পোক্লনবা ওপরেসন তৌবা চংগ্রিবনি।"

অহল মখৈনা লৌরে "লুপিদা, মচিন মৌপ্‌া অসি মপা মমাগীদমক তীর্থ যাত্রা তৌরিবোইদো। অনি অসিমক হায়রবদা ইপক পকই।

খর লৈরগ মচিন মৌপ্‌া থুংওরে। মখোয় অনিন হন্দক লংকৈদগী হল্লকপা মতুং অসিগদি লৈকাই অসিগী নহারোল মখৈনা মচিন মৌপ্‌াবু করেম্নবা মীৎয়েং অমগা লোয়নন য়েংশিল্লি। নহালমখৈ মখোইনা অমম্বদা মারুবা পোত্তু থেংনরে হায়বগুম মহৈ মহৈ ফোংদোক্লে।

মশাগী য়েক্লবম্ন নত্তবা অতোপ্পা মীগী মায়থীবা উরগা হল্লাউবা, মওোন্দা কান্নবম্ন ফংদবা মীগী মাওনবা ওাংবনা পোথাকম ওইনবা সমাজ অসিদা অমুক হন্না মমায় উৎলরোই হায়রমাল্লে থম্বালমন্নীক অদো ইমুংদগী মপান থোরকখিদ্রে। থম্বালম্নাহুম্ন মতম চুপ্পা মুংশুক মুংজানহুনবা মরেপ্রে। মচিন মৌপ্‌াগী মতৌ অসি চান্নবা চিংননিংঙাই ওইরে মী খওহম্নীংদবা মওং অমা মচিন মৌপ্‌ানা লোংলে হায়রবসি ইফোং ফোংলে। হিঙ্গোল মতোন্দ শগোলতোংবদগী অহল অসিনা মপি তৈথোক্লুনা কয়ম্বসি তোয়না থেংনরে।

মখোই ইমুংগী মতৌ অসিদা তুমিন্ন লৈথোকপা য়াত্রহুনা লৈকায়গী অহল খর চংহুনা অহল অসিদা হংওুরে। অহল অসিনা কৈম্ন তৌদে হায়হুনা চেন্নম্বদগী মমৈথংদা হায়দোক্লবা য়াত্রহুনা হায়দোয়ক্লে—থম্বালমন্নীক ফিজুংদা লাইথুং পক্লে, ফনা ফুইরে।

নহালনা উরকপদা লাইয়েংহৌরম্নবদি শাফরমগদবনি অহুবু সমাজ! নংভবু কিহুনা লোংপদগী কেম্নরিবনিদো কন্নানা। অওকপনি সমাজগী মওন, লাইথুং লায়নামকপুম্ন সমাজনা হেল্লি মম্নাই কনবা, মহু চাউবা।

থম্বালমন্নীক লাইথুং পক্লে হায়বসিনা লৈকাই অসি রা রা লাউরে। নিংথেমচা মম্নমগী ইমুং অসিবু লাই লৈবগুম কিনরে। অসিদগীদি থীদ্রে থম্বালমন্নীক লাইথুং লায়রেংশওদা পুশ্রে।

মীরা ওাওনবা হায়বসিমুক মুংওাইবা পোথাকম অসিবু অতৈ কৈদ লৈম্নিগবা? মচিন মৌপ্‌াগী মরমদ ওাওনবসি তোকপা লৈতে। লাইথুং

পল্লকনা লায়য়েংশঙ য়োপ্রব অসিবু করি লৈবগে থনবিবগী মহুত্তা মচিন মৌপ্, হৌনদবা শাজ্রং চংপদগী লাইনা য়ারকপিম্বিবনি হায়নরিনেসে লৈকায়গী মৌনহা মখেনা।

হৌজিক্তি মচেম লৈতবগা চপ মান্নরবনিনা ইমুং অসি লেপহৌনবা মুপী অমতংদি থিজিন্দবা য়াদে হায়দুনা, মনেগা মন্দোলগনা কোয়চেন চেন্দুনা থম্বালম্না লুহোংলে।

থম্বালম্না লুহোংলবনিনা নিংথেমচা ময়মগী ইমুংগী মরমদা ঙাংনবসি লোইপ্রগদবোই নিংলুই, অদুবু থৌন্দনা অনৌবা ঈনোং হাজিল্লক্লে— থম্বালম্নাগী মুপীদু মঙানি চাক্লৌবদগী হল্লক্তে। লৈকায় অসিগী মৌনহা ময়াম লৈরিভৈদা থম্বালম্নাগী মুপীনা কয়া কুইনা থাংলুগনি। হন্দক্তি লৈকাই লাম্বোকথিদুনা লম্বী অচৎ অওক ফাওবা ইমুং অসিগী য়াত মঙাংনপ্রে। থম্বালম্নাদু মাগী অফিসতা ফম্বা য়ান থোক্লে। মহাক আফিসদগী ছুটি শাংনা লৌপ্রে, ময়মদা কমদুনা লৈরে।

ময়াম্ম। ঙাংনবদো তাব ঙমজদ্রদুনা ময়মদ লোৎতুন লৈজরব অসি ফাওবদা পেনবা লৈতে মীয়া ঙাংমবনা। থরনা হায়রি—"মহাকমু লাইথুং পল্লরিগনি।" থর অমনা ঙাংনৈ "ময়াম্ম মপোৎ কারদুনা লমজাও থোরকপা ঙমদ্রবনি।"

থম্বালম্না। নংমু পাংমন্দেদনা, ময়াম্ম অদু য়োনা ঙাংনরবদুদি, অচুম্বনি অরানবনি খংলিবা মীশক্তি নহাক্ত মঙায়রে, চোংথোক্নুনা শেংদোকউদনা, করিগী লোৎতুনা লৈরি? থম্বালম্নাবু মুংশিবীবা কনান অদুক মশোনবীবা য়ানি।

কররমবুদি শেংদোক্লুগনি? কদাইদা? কনাদা? মশামক্কী মরা-মকপুম মশান থাজদ্রবা যুগ অসিদা থম্বালম্নাগী মরাবু কনান থাজবিগনি?

অমুক অমদি শগোলতোংবদগী অহল অসিনা হৌদোক্লুবদা থম্বাল-ম্নাসি মিহুল য়াওরমদ্রে হায়দুনা নিংথেমচা ময়মগী শুমাং অসিদা, থানানে লৈকাইগী মীনে পিক থয়া পৈরে। থম্বালম্নাদু তুমবা তেব্রেৎ হেনজিম্না

চাষপগী হৌগৎলক্ত্রবনি হায়রে। মাগী মোন মখাদা চিঠি অমা লৈরম্মী হায়ছ্না থানান লৌশিনখ্রে। চিঠিগী মরোলদি অস্নুমা ইরম্মী :—

"সমাজ,

মীওইবদি সমাজ ম্নাওদনা হিংবা ঙমদে হায়নৈ। ঐহাকপুদি সমাজনা চম্নবিত্রবনিনা চৎলে, সমাজ লৈতবা লমদা। ঐ চৎখ্রে হায়বসিদি ইচেবু ভাহনবিগনু।

# লৈরক অখূবা

শাগোলবন্দ লৈরক অখূবা হায়রবদি অমুক তারুকবা লৈত্রে।

লৈরক অসি কুম অমদি লূ-হেনবা তারবগী মকোক ওইরকই হায়ত্নুা মনা কংখিবনি, অদুবু কুমসিদি অমম অথেঙদা মী চংনবা ঙমদ্রে। নাকল অনিদা হৌরিবা রাপল অসিনা মুংশিং মুংশা চংহত্নুবা অমুক মুংথিল ফাওবা য়েংবদা হঙোইরে, অহিংদদি শুরুংনি। নোংজু-পাম্বাদনা পাং মচা অমা ওইনা শাংনা হেক্তা লৈব ঙাংনি। লৈকাই অসিনস্নু মথং মথং শুমাংদা ফাওত্নুা চংনখিত্নুা থোইনা থৌশানদ্রে। মরক মরক্তা শিব নাব থোকপা কান্দা দগুি পান্দুনা শিজিন্নবদু মঙারে।

কিবু কিরবদি নত্ত নত্তবা ভাব ঙাং ঙাং নিংশিংলকপসি হৌনশানি। লম্বী ময়ায়দা রা তুথত্নুা লৈরম্নবদি কাল্লুস্নু, হেক কানবদা ফং হাই-গৎখিত্নুা করাং শেগায়কা হায়বা রাদু নিংশিংলকলে। নহাল অমুকস্নু লাইঙৌ থোকপা হায়বদু ওইরমাল্লে হায়ত্নুা পাখৎলুরবনি, অত্নুগা থোংবমগী অরাথবী পাম্বীদু তুরত্নুা হন্দোকপা ওইরমলে। মাগী অশংবা মকু অদু চৎপ্রগা মশিং ঙাক্ত ঙায়হৌবা মকুদু অমম্বংদি, ঙৌরোক ঙৌনা ইশাং শাংনা হেক্তা হিপ্পুনা লৈব ঙাংনি। ঙসিস্নু এ কিরগী ঙাংতা লোইরে, মমখিবনস্নু অমম্বা মপং কোংলে হায়রবত্নুনি।

শুরুবা লৈরক অসিগী নোংপোক থংবা মচিন অসিদা হৌরিবা খোংনাং পাম্বীসিগা, তোমাল পাম্বীসিগা, অনিসি ওইরে,—মরাল্লা হায়নরিবসি। খোংনাং পাম্বীসিগী মশা তেকপা থোরুবদি, তেকলিবা

মাক্লকৈদো, মী অমদি হেক্তা মশিংরে। অসিনি হায়নরিবা। অদুগা, অমুক হেন্না শাথীরিবনা তোমাল পাম্বীসিনি। অহিং অথেওবদা মৌনহা ফজথ্রবা অমনা তোমাল অসিগী মখোওদা হেক মথৈয়রবা—থেংনরুবা মুপাদো হিংত্রে।

কিবা হায়বসিদি পুক্লিংবগী থোকপনি "চরোৎ হাংনা লাই শাই" হায়বহুনি ঐনা কিবিদ্রগা লোইরে, ঐ কৈগু কিবিদে হায়হুনা চংলি। ঈশৈ ওংতি। ঐদি ঈশৈ ওংতিবনি খল্লুই, অহুবু "কিবিদে কিবিদে" হায়বা মখোল তায় কদায়দনো য়েংলুববু ঐগী চিনথান্দগী থোকপা মখোল ওইরম্মে। কিনা কিনা লাকপসিনা খোংনাং খোঙহু য়ৌরকদোরে। তাউন এরিয়াদবু অনুপ শোংহনবা হৌনবরসে, লৈরক অসিদমু খরদং মহাইদৎপিমু, খোংনাং অসি য়াম্থৎলগা তোতি খিনগনি হায়রকলিবা কনা মকুইরে। ঐ কিরম্বদগী শাউনিংবোমলা ওস্থখিহুনা ইথন্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা খোংনাংখোঙ যৌশিল্লকলে। লম তরামুক্ত ওায়রকলবা কানসিদা তোমাল মখোওদা মুগুক মুনা অনিথক ভুম্বক তুম্বক লৈবা উরে। ঐ লর'ই শম চপ চপ য়ুংঙি কোক পায়হুনা ফমথে। ঐগী ভাবনা উব জাংলা হায়হুনা মিংকুপ্তবা মথৈ শংদোক্লুনা য়েংববু খর খর লেওবগুমমু তৌই। ঐ কিরে, খনাউ থ্রক থ্রক কংই। "কনানো" হায়হুনা অমুকুং খংলাউ লাউববু, অমদি ফুক হৌগংলগা থোংবম থোঙ্গাল মমুংদা পাইশিনথ্রে, ঐমু জ্ঞান হেক মাঙখিহুনা, হা। হায়হুনা তোমাল মথোং তম্না ফুজিল্লে। —ঐদি পাথংলুরমাল্লে, ভাব তারকপদা ময়াম লালভেন পায়হুনা ঐভোন্দা ইকোয় কোয়শিল্লম্মে। মথোইনা ঐগী শবহু তাহুনা থোক্লরকপদা, হাউবমগী তাদ তোমচৌনা লাক্লহুনা লৈরম্মে হায়রে। ময়াম্না ঐবু, অমম অথেংদা ইতোমতা কোয়বদি শিহৌদবা লাইবক কৈ, হায়হুনা, ঐবু অমুকমু অবানবা তাহল্লে।

ঐ য়ুম য়ৌরক্লগা চান্নমক ফুংঙাইত্রে। থোংবম থোঙ্গালদ চেনশিনখিবহু লাই মান্দে, অমা লৈহৌবহুনা কদায়দা মাঙখিবা, অনিমক মাঙমিন্নথ্রবদি লাইনি হায়রগে হায়বু······।

কুমোদি কিগন থোংকন্দে, অদুগা লৈকাইসিগী চিত্রগুপ্তস্ মানা ওইবনিনা, মাগা তানকম থোকই হায়দুনা মথং অমুক্তদা, ঐনা অহিংদুদা থেংনখিবা মওংদু, মঙোন্দা অমত্তা চিংথদনা তমলে। মানা ইশি শিনা নোক্লগা ঐবু পাপ্তুম পুরনি হায়রে। ঐনা ভাব তাক্লদুনা কণোম্… পাপ্নো হায়রুব, থোংবম ইবেলৈগা হাওবম তোমচৌগা আওসা লেংথোকলিঙৈদা পায়রুবগী পাপ্নে হায়রে।

হাওবম তোমচৌনা অমবনি হায়বা খওবদগীদি ঐ শাউনিংবনা লোইরে। অমুক্তা থেংনরবদি হেক্তা কারগে হায়বসি চপ য়ুংগ্রে। মীনা কিনরিবা লৈরক অখুবসিদা ঐনা অহিং থেংনা থেংনা তুমিন তুমিন হল্লকই। "লমন খুন্নীংবা হায়বসিনা মীগী মথো শওত্রী" হায়বসি অচুম্বনি। "ঐবু খংহনখিবা, লৈকাইনা ঐবু অরানবা শিখিবা, কৈ, তোমচৌগা ইবেলৈগা অমুক্তংদি মকায়গে" হায়বা রাখল অসিনা ঐহাক কিবগী ভাব মচেং অমত্তা পকখিত্রে। থা অমরোম ঐনা তাল্লুম্বদা থেংনদ্রে। খরগা তম্হয়কপনে, নোংম তান চাক্লবগা মরাইনা থেংনজগনি খন্দুনা তোকথোক্লে।

নোংম কাং ওকরাদা নোংরায় মতুং পুং অনিরোম তারকপা অদুরাইদনি। খত্তি অমা চংলুবদগী হুরিদা কমথরকুনা ইতোমত্তা হল্লকপনি। থাবলদু মুসি মুসি তৌরদুনা লাই থোকল্লি হায়বা তাপ্পাদুনি, মী অতৈদি লৈরক অখুবসি চংলবোইদবনি, অদুবু ঐদি কৈস্ থৌশাত্রে। অয়ুম প্রপ প্রপ লাকপসিনা থোংনাংথোং য়োগদবা পংলাপ লাপত্রে, মপা অসি য়োরকপদা থোংনাংদা তোমালনা নপশিন্দুনা হৌরিবদো, মিং থমকম হেক্তা ওইবনি। ভাবনরা করিনো তোমালদ মী অমা কাখৎখিবগুম তৌই। মী অতৈ অমা ওইরবদি লাই তম্নরে হায়দুনা পাখৎলগদবনি, ঐদি ভাব খত্তা তাই "হাওবম তোমচৌনা তোমালদ তোংদুনা ইবেলৈ অভিসার থোরকপা ওাইরিবনি, কৈ ওসিদি তোমাল্ল মথোংদা যুগোল ওইরিঙৈদা হেক্তা কায়গে, ঐনা যুগোল রূপ অমুক্তা দর্শন কংগে জুমলকলিবা কুইরবনি, 'হয়ানবগী তরানি মপুগী নোংম,'

ঙসিদি শোয়ত্রেদনা। মসি খল্লদুনা, ঐনা পাকথদুনা থর চংশিল্লগা হোৱেল ফল চোংশিনবদা মখোয় অনি চেনবা নংদনবা ফিবম শেম্লে, মিংথি থোংবম থোঙ্গালদ অমুক তোমাল মখোংদা অমুক শিল্লোন শিঙ্খিন তৌরি। ফনা কুইরে, ইবেনৈ থোরক্লে, তোমালদগী তোমচৌসু কুমথরকপা তৌদে। তোমচৌ কুমথরকুনা হনখিত্রি ফাওবদি ঙাইদবা য়াদে, মহাক মতোমতদা তাইনরুবনদি অর্থ মপুং ফারোই, ঙসিগী ভাঙ্গা অসিদি লেম্ন মাংহনবা য়াবপোৎ নত্তে।" অসুম্না পুক্লিং থৌগৎতুনা ঙাইরিবৈঙসিদা তোমাল মথক্তুগী শাংত্রোং শাংনা ফং লাওনা চোংথরক্লগা চপ লেপই "ইস" হায়রম্লগা খংকম কমথখি, ফমথবা য়ৌত্রিবৈঙদা "ইক" হায়রগা খংলেপ অমুক লেপখংলকই। ঐ পুমঙক ঙক্লে। তৌরিসিবু তম্নরিবা হায়বদুরা। ঐ কিবদি পোক্তে। অদুবু পাক হেক চংশিনবদি তৌত্রি। হায়রিবা অপুম্বসি সেকেন্দ অমগী মনুংদা থোক্লিবা মতৌনি। ইশেং শেংনা উরে, মুপীনি, মখৌরিদগী থৌরী, কোঙ্গোইদু শিংতোকপা হোৎনরি। ঐসু ভাব তারে, মা থৌরী য়ানবনি, তোমাল অদুনা নেম্মনখিদুনা মখোঙ পৈবাক ফংবনি মানা ফমথরুবা অদুদা থৌরীদুনা খংপন পনবনি। ঐসু মেন থারদুনা হৌগৎলে, মনাক্তা প্রপ প্রপ চংশিল্লে, মাদি ইবেনৈগী মচানুপী যুবতি ওইরম্মে। ঐনা "যুবতিরা" হায়দুনা হংলুবদগীদি মা কপথোকত্রে। মঙক্তুগী থৌরী কোঙ্গোইদু লৌথোকপিরে. "কমথৌ কমথৌ' হায়দুনা কমথহল্লে। কবিগী তৌক-রিবনো হায়দুনা হংলুবু খুমদে, হিক হিক কপ্তুনা লৈরে। ভাঙ্গা অসিদা হংলুব কবিসু কাম্নরোই খল্লদুনা ঐসু ঙাইহাক কমদুনা লৈরে। ঘড়ী য়েংবদা নোংয়ায় মতুং পুং অহুম য়োরকদোরে। থেংলে ঐ থিনজিন-বিরম্লগে হৌগৎলো হায়ববু হৌগত্রে। মসুম্না মী থেংনগ্রগদি ফত্রে হায়দুনা ঐনা তোমালদগী থৌরীদু লৌথোক্লুরে, মানা হৌগৎলো হায়বা য়াত্রবদুদদি মশা পায়দুনা চিংথ'লে, অনাবা মীদৌনা ঐনা কোনশিন্দুনা পুশিল্লে, মখোইগী মাঙ্গোল য়োরে। "চংঙো নহোই ইমাথোই তারক্লবদি য়া য়া লাউরনি, নংগী মুংঙাইতবশিংদু ঐঙোন্দা হায়য়ু, ঐনা ঙম্বা মথৈ

হোৎনবিগনি, ঐ কনাদস্থ তমথোকলোই, ঙসিদি চংঙো।" যুবতি চংখ্রে।

ঐনা হল্লকপদা খল্লি, "মাবু কুমসি মেট্রিক থাথিবরা? পরিক্ষা ফেল ওইরহুনা শিগে তৌরমলিব্রা? মহুস্থ ওইবা য়াই। মা, শিখিবদি পাম্মুই, লৈকাই অসিদা মামুক মশক ফজবী ছাত্রী য়াওদে, মমাগী মতৌ অাসনা মাবুস্থ চেম্থবিবগী রাদনি।

অহুবু, পাংথী কোমথীদা শাৎপা থম্বাল, লাইদ কৎহৈদে হায়রব রাদি, লৈতে। অস্থুম্না মওল মওল থন্দুনা য়ুম য়ৌরে। ঐ চাক চাজ্রে, ফম্মুংদা অহুম চংলে।

ঐনা যুবতিবু কোনশিন্দুনা পুরিইঁদদি, করিস্থ খল্লুদে। হৌজিক্তি, ফম্মুংদা হিপ্প হিপ্প, থম্মোই অসি ইতাউ তাউই, যুবতিবু কোন্দুনা পুরি।

নোংঙানবগ কুপ্লোদা তমগে থনবনি, অহুবু তমথোক্লীংত্রে। ঐদি, মহৌশানা পুক্ত রা লোত্তুনা থম্বসি হৈনদবনি, অহুবু, মসিমদি চাল্লনা হেক্তা তমথোক্লীংত্রে।

যুবতিনা শিগে তৌরম্বা অহুগী মরমসি থঙনিংবনা ঐ, মতা অমা ওইরে। মথোইদ চংলুসিব্রা থনবস্থ, মহৌশাদি চংদবনিন হল্লোইরে। মথোই থোল্লালদকা চত্তুনা উনবরা য়েংগদবস্থ, মীনা থঙপ্রগ, ঐবু করি হায়খিনি, অস্থুম্ন ইতোমত পংথন থগ্নিনখিত্থুনা থোংবম থোল্লল মপাদকা ঐ, ভুবৎ চৎপা ঙমদ্রে।

অথেঙবা অহিংদ. মহাক অমুকস্থ শিগে-লাকে তৌরগদ্রা হায়হুনা, ঐখাক মরক মরক্ত হেক হেক য়েংলুই থেংনদে।

✔ কাং মুমিৎনি। ঙসিদি শোয়দনা উনব য়ারে থন্দুনা ঐস্থ, মথোইগী থোল্লালদ কাং য়ৌরকপা তাপ্পাহু, ঙাইহুনা লৈরে।

✔ "জয়, জগন্নাথ, প্রভু জগন্নাথ" হায়রহুনা কাং য়ৌরক্লে। থোংবম ইবেলৈ, লুপ্রাবীনি হায়বদনী, তৌথোরকপদা মীনা হেনখিব য়াব নত্তে; শ্রীজগবন্ধুগী হৈরক্কা মথোইগী থোল্লাল মপাদো, মথেল মথেল য়েংবদা মিৎ পেল্লী।

ময়াম্ন থোংবম যুবতি ফজৈ হায়নয়াহুদি ঐম্ন তাখী। অহূ্না থোংদোক্ল পুক্নিং থিংজিন্নুবা লৈরমদবনিনা, য়েংনিংলমদে। মহাক মশক ফজৈ হায়বহুৎদি অহুম মথন্তাই। অদুবু ওসিদি, মথোইগী থোজাদ মমান্নবী মথোম মম্নি মওাপা লেংমিন্নবহুদা যুবতিনা ফজবসি হায়নিংঙাই লৈত্রে, পংবদ কজত্রে।

যুবতি, চুম্ন ফজবত নত্তে, য়াম্নস্থ চাং য়েন্নী। মমান্নবীশিংনা রা রা নোকপদ মাদি, মচিন্ত মরেংঙি। ঐনা মিং কুপ্পুব মথৈ, মাবু য়েংহ্নুনা থোকখিব অহিংগী থৌদোক্লু; নিংশিংহ্নুনা মুন্নিডৈদা মান্ন ঐবু মুন্নেমথৈ য়েংহ্নুনা লৈরম্মে। ঐনা খজিক্লুং নোকফেং তৌরববু, মাদি গুকথ-থোকত্রে। ঐস্থ ইকাইরবহুনা মাগ লৈথোক্লে।

কাংন মথোইগী থোঙ্গাল লাম্হোয়রক্লবদ, মমান্নবীশিংনা মাবু, চৎলুখিসী হায়বগুম তক্লবি। অদুবু ঐগী আশা অৱেম্না ওইরে, যুবতি মম্নুমদ হন্নিনখরে। ঐস্থ ওস্তানা য়ুমদ হন্নিজক্লে।

ঐনা নোক্লুরগা, মানা গুকথত্রিব অসিবু, করি হায়ব্রিবনো? ঐ ভাব তাব ওমত্রে।

মুংদাং অথেংবদা ঐ, তূম্ব য়াত্রহনা, তোমাল মথোঙ তানা লাক্লে। তোমাল মথোঙমক্তগা, মী অমা লেপ্পা উই, থম্ব চংশিল্লগদি, যুবতি ওইরম্মে। ঐগী থম্মোই, তিং তিং চোংঙি। প্রপ প্রপ চংশিন্দুনা—

"ওসিদি থৌরী য়াওত্রবরা?" হংঙুরে। করি তাবতগী হংঙু-রিবনো থওদে।

"য়াওদে"

"অহুদি, কৈদৌরম্মীনো?"

"কৈস্থ তৌদে।"

ঐ, রা মথা তাকম থঙত্রে। ওহাক লেপ্পগা ঐ কমথরে।

"কমথরকউদনা।"

যুবতি ফমথরকই। ঐনা ঐগী লিংজেল মথৈ ফুদোক্লুনা—

"নহাক য়াম্না লুংঙাইতনা উই, ঐনা ওন্না ওইরবদি নত্তে:পাঙ্গনা করিনো নংনা লুংঙাইত্রিবন্থু ঐস্থু খঙগেদনা ?"

"খঙলুবগ করি কান্নগনি ।"

"খঙবদদি খঙজগেদনা ।"

"অদুদি খঙেঙা"

"কৈদৌরে হায়রোদনা ?"

"হাউরম তোমচৌ খঙইদনা ?"

'খঙই ।" মথা তারক্লে ।

"অদু কৈদৌরবা ?"

"ঐখোইদা অহিং অহিং লেকই ।"

"কয়া কুইরবা ?"

"থা অনি-হুম ।"

"মানা অহিং লেক্লগা কৈদৌগে ?"

' কৈদৌগে হায়বা ! হোয়. কৈন্থু ভৌদে ।"

"যুবতি, মন্থু নহাক্কী লাইবক্লনি । ইমাদা নহাক্না কয়ম্না য়ারকউবা ঙমগনি ।"

"অদুনা ঐ মপান থোরকলিবসিনি ।"

"লৈশাবীনা অহিংদা মপান থোক্লগা করি থোক্ননি, নহাক করিমতা খঙ্গ্রবরা ?"

"ঐখোই ইমুংদা হিংহুনা লৈগদবগী শরুকপুদি ঐ শিজখিবনা হেন্না কৈ, য়ুম অসিদা ঐ স্থক্লে লৈজনিংঙ্গ্রে" অসি হায়রগা লুকথরে হিক হিক কপলে ।

"ফত্তে কপকন্থু, কপ্পগা কৈকাম্ননি, কপকন্থু সে" হায়হুনা ঐনা মরেংবান্দা পায়রুই । মাস্থু ঐঙোন্দা নকশিল্লকই, ঐঙোন্দা ঙাথহল্লগা ঐনা কোনশিনবিরে । ওন্থোকপনি, অহিং কয়া তুমজবা কংলাক্ত মায়ে ঐঙোন্দা ঙাথহুনা অহুম তুমখ্রে । থুং-নামনা মাগী মকোক্তা নায় নায়হুনা ঐনা থনথি ঐগী পুক্সিদা ঙসিগী পুক্সিদা ঙসিগী পুংজা অসিগুম লুংঙাইবা

করাবক কংলকখিগনি ? সংসার অসিদা ঐমুক মুংঙাইবসু মরাওরমপত্রা ? ঐনা লেওলগা মহাক তুম্বা কারগ্রগনি থন্দুনা ঐ লেও লাকপা তৌখিদ্রে। কমতুম তুম্বনি করা কুইনবু্দি তুম্ন গনি ? যুবতি মিকপ থোক্লে, "ও ! তামো" হায়রগা চৎথোক্লুনা কমগ্রে।

মতমসি থেংলে চংলসি হায়ছুনা ঐনা মাঙ্গোল কাওবা থিন-জিনবিরমলে।

হয়েংসু থোরকদ্রা হায়নদি হংহৌদ্রে। ঐসি পংমল্লি হায়ছুনা ইতোমতা চৈজহুনা হল্লক্লে।

মথং মুমিৎ নিনি অতু অথেংবা অহিংদা মা থোরকনি হায়বা আশাদা ঐহাক তোমাল মথক্ত লোংছুনা ঙাইরুই ; অদুবু যুবতি থোরক্লে।

খর লৈরগা ঐহাক গৌহাটিদা চৎলে। গৌহাটি য়োরগা থরাইসি অসুম মুংঙাইরক্লে। যুবতিগী থম্মোই খঙদোরক্কবসি ঐহাক য়াম্না লাল্লম্মে, মরমদি ঐনা পোথাকম খংদ্রিবসি যুবতিগী রাখলননি হায়বা ভাব তারক্লে।

৮থা অনিবোম লৈরগা দুর্গাপূজাগী ছুটিদা ঐ য়ুম য়োরক্লে। য়ুম হেক য়োবগা পোথাদ্রে। ঈশিং অশাবছুনা শেংনা ইরুজথোক্লগা পোৎ যয়োম মচা অমা পায়রছুনা যুবতি উনবা চৎলে। ময়ুমদা হেক্তা চংলগে হায়ছুনা লাকপনি অদুবু মথোই থোজাল য়োবদা ঐগী থৌনা মাঙদ্রে। ঙসিগী মুমিৎতা যুবতি উননবা উপাই অমদি খিদবা য়াদ্রে হায়ছুনা যুবতিথোইগী মথাংথংবদা লৈবা সলামদা চংঙে, জোয়কুমার লৈত্রা হংঙুরে। জোয়কুমারসিদি ইথাগী অঙাংনি, ক্লাস টেনদা তম্লীবনি। ঐনা থিরুফম ইথোক থোকুনা মাবু থিরুবছুদা মাসু ইঙক ঙক্লহুনা—

"তামো করি থবকীনো ?"

"মেট্রিকী কোইসন পাস্লবদি গৌহাটিদগী থাবিরকে, নথোই অহুম মরি পুনশিনরগা চহি মঙা তরুক্তী চেন্নু হায়গে তৌবনি।"

কদায়দগী থোরকপা বুদ্ধিনো য়াম্না ফনা থোকল্লুরে।

"তামো অদুদি পৈশা করা চংগনি ?

"হেয়া, পৈশা য়ামদবনি সেট অমদা শিকিদমক পীবনি পৈশাহুবুদি নখোইনা কোন্না হঙ্গিল্লকলবসু য়াইদা" হায়গুনা থোঙ্গাললোমদ থোরক্লে।

"তামো অহুদি খর থুনা থাবিরকউ।"

"হোয়দা মহুবুদি ঐ হেক্তা থাবিরকে, অহুগা ঐ নঙোন্দা রা অমতংসু হংগে তৌবনি।"

"করি য়ানো?"

"থোংবমগী যুবতিদি মেত্রিক থাররোই হায়রা? থাদোব ওইরদি মাসু কোইসন পায়রা য়াই।

'মাদি নহাললনা চেনথ্রেনা।"

"কনাদা!"

'অ—মখোই মমা কোয়রম্বা হাওবমগী তোমচৌদা।"

"ও! অহুক অহল ওইরবহুদা……"

"ইচে যুবতিহু মপুক কংঙক্তুনা চেনবনে হায়রে।

"ফরে চংহৌরো।" হায়রম্লগা ঐ প্রপ প্রপ লাকলে।

তোমাল পাম্বীহু হেক উবদা ঐহাক্ লাম্হে'ক্তুনা চংপা ওমজ্রে। তপ্না তপ্না মখোং তান্না চংশিল্লে, কমথরে। য়াম্না কুইনা কয়্রমাল্লে, থুং-শা পুমইং ইংঙম্মে। ঐ হৌগৎলগে তৌবদা নাকলদগী পোং মরোমদো নিংশিংলকলে, তপ্না হাংদোক্লে মহাকীদমক থরাইনা পামজনা লৈরক্লবা ফুরিংফিদো, লৌথোক্তুনা তোমাল মখোঙদা থমলে, শামু মরাগী থুজি জুরাদো, ফুরিংফি মথক অহুদা তোঙান তোঙান থমলে, নোম্বহুনা থুজি অনি অহুদা চুপ্লে, তপ্না হৌগৎলগা থোরকলে। খর চংথোরক্লগা হন্না অমুকং য়েংলুববু তোমাল মখোঙদা মী অমা লেপগুম উই।

ঐ অমুক পনবা তৌদনা য়ুম য়োরক্লে।

# পুখ্রী অচৌবা

হৈনৌবোকী পুখ্রী অচৌবসি মুমিদাংৱাইবমদদি ঈশিং শোকপীশিংনা পিক থল্লি। কনাগুম্বীনা ঈশিং শোকচিন্নবসু য়াওমাল্লে, কোন মচা অমনা হন্না হন্না হোল্লবসু য়াওই। মাগীদু কোন অচৌব লৈজদনা নম্রগা পুক্নাউ অদুসু পুবা ইকাইদুনা তৌব মওইরিগদ্রা ?

লম অসিগী পাথং মচামখৈসু, মুমিদাংৱাইরম সিনেমা হোল মমাংদ ময়াম্না চারিবসিডা, পুখ্রী অচৌবসিগী অকোয়বদা চারিবা।

ভত্রদি পাথং ওইজয়বসু, খুল অসিগী নৌন লিংখৎপা স্কুল অসিগী হেদমাষ্টরনি হায়দুনা থব্র লেমজনিংবগ, মানা লাকুনা লৈৱরিবসিনগ নৌৱিবসিনা ওইরমাল্লে, পুখ্রী অচৌবগী মুমিদাংৱাইরম কুম্লেদা তোয়ন য়াওরদে। মা য়াওনিংদবদি নত্তে, মরক মরক্ত পুখ্রী অচৌবসিগী মনাক্তা হৌৱিবা মমিং চৎলিবা খোংনাংপাম্বী অচৌবা অসিগী মরমদা হংজিনদুনা হেক হেক লেপ্লে।

খোংনাং অসি চহি কয়া শুরবা ? মীরোল কয়া হৌরক্লবা ? রাহংশিং অসিনি মানা থব্র কোইরোইদবা মীতাদা হংলিবা। মী অদুনা পিরকপা পাউথুমদো মানা থক চুপ্পী হায়দে। হংলুরিবা মানা হেন্না খঙবগী মওঙা ওনসিন্দুনা হেক্তা তাকশিল্লি। উগী মকুদা য়েংলগা চপ চাবী খঙগদবনি, মীরোল অমা হায়বসি লাইরিকী মতুং ইন্না চহি ২৫। ২৫ না শাগদবনি ; অসিনচিংবসি হায়জিনদুনা ক্লাসদা অঙাং তাকপিবগী ভাব

অহু হেক্তা তৌই। মাগী য়া অহুদা ওক্ন থোকলহুনা খয়না মনাক্ত চংশিল্লকপা থোক্লবদি, পুথ্রীদগী লৈশাবীশিং অহুস্থ তাননবা মওংদা, ভদ্রগী খোঙ্গেলদি খরগ য়াংখৎলকই।

পুথ্রী অচৌবগী মুমিদাংয়াইরমগী কুম্মৈ অসিদা য়াওদবী অয়ুকী তাল্লক্তা মদোম শাম্নবী, নাইতোম তাবি মুয়া অমথক্তি শজিক থবানা থোকপগুম সিড়িদা মতোমত ফম্লম্বা, ভদ্রনা হোবে হোবে স্কুল কারমদাই ইরুবা থোরকপদা থেংনবসি অনি অহুমলক শুরে।

মতোমত লৈরম্মী হায়দে, শক-গুণ চংখোনবহুনা ভদ্রস্থ মুয়া অহুগী মাইথোংদ মুন্না য়েংশিল্লুবকাও ওমজদে। পাকলবা সিড়ি অহুগী ঈশিংগা তাইনবা থাক অহুদা মতাই ওইরপ ফমহুনা মুয়া-ননবোই করিবোই তৌহুনা অহুম লৈহৌই।

নোংমাইজিং মুমিংকী অয়ুক অমা, ভদ্রনা ওন্তা ইরুগে থোরকপদা, নাইতোম তাবি মুয়াসি ফমহুনা লৈরমলে। ভদ্রস্থ মহাক্না খন্দুনা লাকপহু চুমলে হায়রমাল্লে মাইথোং মকা লায়ে। মুপী খরস্থ ইরুজবা থোরকপা উবহুদা ভদ্রসি সিড়িদগী খর হন্দোক্লগা ফমহুনা লৈরে।

মুপীশিং অহু ইরুজব লোইরহুনা ঈশিং শোকলগ কাখৎলকলে, ফমহৌরিবী মুজা অহুদা—"জাঙ্কো, লৈহৌখিদ্রা?" হায়রম্মী। পাউথুম ঙাইব য়াহং নত্তে, অহুম পন্দনা কাখ্রে।

ভদ্রদি মুয়া অসিগী মমিং খঙহৌরে হায়হুনা হয়াউ হয়াউ মঙক থাঙ্গৎহুনা য়েংজরুই, জাঙ্কোদি মক লুকথখরে। মুয়ানা মরু লুকথখিবসি ভদ্রদি, মহাকপু নুংশিরহুনা তৌরিবনি হায়না লৌরহুনা মুংঙাইরে। ঙসাই মখৈ জাঙ্কোনা ফমহুনা ঙাইরিবসি মহাকপুনি হায়ব ভাব অসিদা ভদ্রসি মথৌনা ফগৎলকলে। মথোয় অনিত ঙায়হৌরবা তাঙ্গা অসিদা ভদ্র হৌগৎলকলে। মহাক্না সিড়ি মথক্তগী য়েংথখিবদা, মথাদা ঈশিংগা তাইনবা থাক অহুগী চিদাইদ, খোঙ্গ্রাই চন্দুনা কম্লীবী মুয়াগী ভৌরব হকচাংদা ঙাংলবা ফনেক অহুনা চোংলহুনা নপশিনখিব অহুদদি, মহৌশা থুৎশেমগী হৈশিংবদো ময়েক শেংনা উরে। ভদ্রনা মরিন ফুদোক্ুনা—

"ইবেম্মা ঐনু কুমথজরক্কে য়াগদ্রা ?"

"লেংথবিরকউ তাদ।"

হৱাউ হৱাউ য়াম্না কুমথরকহন্নিংবগী মওংদা খুন্নকপা, অহুদা ভদ্রহু মুংঙাইখিবনা মখোঙ থাংবা থোক্তে, হায়দু য়োৱে। সিড়ি মখাদা কুমথহনা ইরুজবা হৌৱে। মহাক্না ইরু ইরুনা কৱি হায়সিগে খল্লি—

"ইবেম্ম, পুথী মনুংদা কৌনা হৌৱিবসিবু ঈশিং কংথরক্লবস্থ অসুম মহৌত্রা ?"

"হৌ মাল্লে তাদ, ঐনু কয়া মুন্না খঙজদে।"

ভদ্রগী ৱারী মখা লৈত্রে। ইরুজবস্থ লোইশিল্লকলে। অহুবু জাঙ্খোদি মশাদ ঈশিং হৈথহনা শান্নৱী। মানা হায়ৱিবসি ৱারী শাখিসি হায়ৱিমাল্লে খল্লহনা ভদ্রনা মশা তংথায় অমা ঈশিংদা লুপশিল্লগা, মুজা অহুদা চান্ননা হেক মায় ওনসিনবদি ঙমদ্রহনা মমায় লৈথোক্লগা—

"ইবেম্মখোইগী শঙ্গাইবু অশ্বাইদা লৈবরা ?"

"অহোম্ন।"

"অসিদগী কয়াম লাপ্পগে ?"

"লাপ্তে।"

ঙসাইদি হৱাউ হৱাউ খুম্নগা হৌজিক্কি ইতন তন্না খুমদব য়াদে মতাগুম খুম্বসিনদি, ৱারী শাননিংবগী ভাব লৈত্রে হায়বা অহুম খঙবা য়াৱবনি। অহুবু ; ভদ্রদি নিংথমথাদ মুংশা য়াইবগুম মতম হৌখ্রে হায়বা খংত্রে, মুংঙাইৱি, ঈশিংদা লুপ্তুনা শান্নৱি।

লাংদ থুৱবী চেক্লানা, পাইদি পাইনিং পাইবদি ঙমদ, শাদানব উবদা কনবিয়ু হায়জবগুম, মরোলদি থোক্ত, চিংন চিংন য়েংবা মিৎয়েংদো, হৌজিক মুরা অসিনা ভদ্রদা য়েংহনা লৈৱে। মহু উরুরগা ভদ্রদি শাদানবনা তৌবগুম খোইন ময়াই কাগ্রে। তাঙ্গা অসিদা মুপী অমা লাকুনা—

"ইবেম্মা কারক্লোদনা, ইমাদি মুংশাবু থীরুৱে।"

মমা লাক্লবা অহুদদি জাক্লোন্দো মপি মতুম মতুম শিন্থক্লে। মত্রনা ইওক ঙক্লহুনা মমাক্তুদা য়েংখৎলুববু মমা অশিনা মত্রদা খাক্লবা নিংয়েংনা য়েংহুনা লৈরম্মে। মত্র প্রপ প্রপ ভৈথোকলগা কারকলে, মুরাহু মমাগা লৈহৌরি।

মত্রনা চাক চানা চানা খল্লি—জাক্লোনা ঐহাক্কীদমক মথিৎত মপি শিন্থবা ঙম্লবা। মহাক্কী মতৌ অসিদি অশেংবা মুংশিব হায়রবদু শোয়দনা ওইব তাই। মুপীমচা অমনা ঐহাকপু অসি য়ৌনা থিংলবদা ঐনদি কব্রিগী নিংলোই? মশক হায়র খুল অসিদা মামুক ফজব অনি শুরম্মোই। মরমচৎ য়েংলবসু, মম্লামগী ঈব্রাং যাওদবী নাইতোম তাবি চেক্লানি। লাইবক্ল তম্লকপগী ঐগা থেংনরুবদা মুংশিনরুবদনি। ঐখোই অনিগী মনুংশিনা অসিবুনি ইংলিশতা হায়রিবা—"লভ এৎ ফার্ষ্ট সাইট" হায়বহু।

চাকচা তোক্লগা ফত্র ফম্মুংদা লোংনা হিপ্লগা খল্লি—জাক্লো অসি লাইররম্বা য়াই, মহু বেম্রা লৈতে। ঐদি মুপীগী মপাল তাংহুনা হিংগদবা মীশক নত্তে। মহাক অসি লরাই নিংঙোলনি, লরাই নিংঙোল ওইরগা কৈদৌগে? লমদবু লরাই ইম্ফাল থায়বনি, মীদদি থায়দেনা। মী মহাক অহুগী লমচৎ শাজৎ অহুনা লরাই মচা তারগদি ইম্ফালদ লৈগে লৈসনু কোম্নুংদা পোক্কে পোকসনু, ময়াম্না মাবু "লরাই মচা" হায়বসি ঙাম্লনে। অহুনদি, জাক্লোবু ঐনা পুন্সিগী লোইনবী ওইনা লৌবদা অকায়বা কব্রিসু লৈতে মসি ঐহাক্কী মোৎ নত্তে, ফাওরবা চানকাসু হায়রম্মীবনি—অতোনবা জাৎতগীসু শক-গুণবু চংখোল্লবদি লৌখৎপা য়াই।

মুমিৎ অসিদগী হৌন মত্রসি মুমিদাংম্নাইরম পুত্রী মপাম মুম্মেদা য়াওরখিত্রে। অমুক, পুত্রী অচৌব অসিদা নাইতোম ঙাম্রবী চেক্লাহুবু ঙাইহুনা লৈত্রে, অহুবু অরাবনি অম্নকী তাজকল মতোম খোক্লকপী মুম্মাদো অমুক হম্না থেংনখিত্রে। নোংসু মংদনা খিকথরকপা লাইজগুম অমুক অমা শিন্থম্বা পিম্রাং অহুন চিব বিদায়নি হায়রবা?

অদ্র মওল মওল খল্লক্রে—মহাকপু থাজ য়োনজখিবা লৈহ্লমা মমানা চৎথোকহন্দ্রবরা ? নহাল মমানা শাউনা য়েংলম্বা মিৎক্লেং অহুদি অভোঙ্গা অমদা থাজগ্রবা মচানুপীবু, ঐগা নুংশিনবম্বা মতৌ উবদা শাউহুনা য়েংবা নত্তনা অতৈ মরম লৈত্তে।

অহুবু। ঐহাক্কী নুংশি ঈথৌ লাংলবা চাক্লবা থম্মোই লৈকংলা। নুরাগী মিংলুদগী শিন্থবিরম্বা নুংশি লাইজনা চোংলতঙ্, প্রেমগী ঈকুং কংখিদনবা ঈচেলগী খোংলম তৌবদি পাঙ্খ ঐগী ইথৌনি।

অদ্র, মপুক্লিংদা পংচাক চাকচবতনি, জাঙ্কোবু উনরক্লবা উপাইদি হোৎনরক্লবা ইঙম ঙমদে। করম্না জাঙ্কোবু থিরক্লনি ? কনাদা হংলুনি মাদি স্কুলগী হেডমাষ্টরনি। নাশোঙ্খঙ্জিক্কুং কংখিবদা রা রা লাউরকুনা মহাক স্কুলদ কম্বা ঙম্মোই। মহৌশাদগী মমার শোঙ্গহুনা লাক্লবা অদ্রনি।

নুমিদাং খুদিং মথরাই য়াওনা ইরম্বা চিঠিদো নুমিদাংরাইরম মতোমত পাজরগা হেক হেক শেগায়। চিঠি পিবিক্লনবা মী লৈতহুনা তৌব্রা ? জাঙ্কোদি লাইরিক হৈরম্মোই খন্দুনা তোকপ্রা ? নত্রগা মপুক্লিংগী রাখলবু চিঠি অহুনা কোংদোকপদা য়োব্রহুনা শেগায়রিব্রা ? অমবু ওইরবমু অমবু ওইরবমু নুংদাং নুংদাংসি চিঠি ইহুনা লেপ্লি।

থা অমরোমগী মতুংনি। নোংম অমুক, অদ্রনা চিন্তা তৌরহুনা পুথ্রী অচৌব তম্ন অমুম লাকপদা, মদোম থোরকপী নুবাদো সিড়িদা ফমহুনা লৈব উরে। অদ্র হু হনখিহুনা মফি হোংদোক্লগা ইক্লরবা থোরক্লে। ঙসিদি, কুমথরকপা য়াগত্রা হায়হুগা হং খোৎপা তৌদ্রে। ইপান্থাদা ঈরম ফুল্লুরবা ঈচেলনা ঈথৈ কংবদা চেনথখিবহু ঙায়গ্রে ; অদ্র প্রপ প্রপ অহুম কুমথখরে।

"ইক্লজবিরিব্রা ?"

"অহোয়"

"ঐস্নু লুজগে তৌবনি।"

"কনি।"

ভদ্র ঈশিংদ কুমথহুনা ঈরুজবা হৌরে। ঙসিদি ভদ্রসি মরিন য়াম্না ফবে। থা অমা চুপ্পা শেম শারুবহ্ তাঙ্গা ফংলিঙৈদা লাইবক য়েংহৌরগে হায়রমাল্লে—

"ইবেম্ম রা অমত্তা হংজগে হায়বব্ অশেংবা তাকপিগদ্রা ?"

"করি রা ওইরবনো, ঐনা অখঙবা ওইরবদি করিগী তাক্তদগে।"

"ইবেম্মদনা খঙগদবা রানি।"

জাঙ্কো খুম্নক্তরে। ভদ্রনা হায়গদৌরিবা রাহ্ মানা হায়া খঙলবরা করিনো মরু লুকথখরে।

"ইবেম্মনা খুম্বীদ্রবহ্ ঐহাক্তি হংজবা তারে।"

"হংবিয়ু কৈদৌগে।"

"ঐগী আশা অসিবু মপুং ফাহনবিগদৌরিব্রা ?"

জাঙ্কোদো মরু লুকথহুনা লৈখ্রে।

"ঙসিদি ইবেম্মনা অশেংবা অমতং তাকপিরমদবা য়াদ্রে।"

খুম্বগী মহুৎতা জাঙ্কোদো মপি শিন্থরক্লে।

নোংমহ্ মকম অসিমক্তদা নুরা অসিমক্তী মিংলুদ পিরাংনা শিনখিবনি। অদুবু, ঙসিগী জাঙ্কোগী মিংম্লা থম্বালদগী শিন্থরকলিব লাইজ অসিগদি অর্থ খেন্নরমাল্লে, য়েংবদা অরাবগী মশক ওইরে।

ওঙ্খোকপনি লাঙ্গোই চম্নবী শজি অমোম্না অতোপ্পা লম্বী উরকুবদা শাদানবা ভম্না ফুজিল্লকপগুম, ভদ্রনা তকশিল্লকপদা লৈথোকফম লৈত্রহুনা মায়োক্লবগে হায়রমাল্লে জাঙ্কোদো মমায় থাঙ্গংলকলে, ভদ্রদা শংত্রিক য়েংলগা—

"ঐদি অদোমগী মতিক চাবী নংচদে।"

'ঐহাক্তীদি নহাক্না লোইরে, মতিক চাব চাদবগী রাদ কোইথোকপিরম্লু, অশেংবা তাকপিরো।"

"ঐনা শেংনা হায়জরিব অসিনি, ঐদি অদোমগী মতিক চাবী মুপী নত্তে।"

"ঐবু মুংশিবিত্রগা ইশেং শেংনা মুংশিদে হেক্তা হায়বিয়ু ঐহাক শাউজরোই, খুল অসি থাদোক্নুনা চংচখিগনি।"

মতাং অসিদা জাঙ্কোগী চিনবান্দা অর্থনা থল্লবা মিনোক অমা হাইকেং ভৌখি—

"হায়মাল্লে—মুংশিবা! ঐগীদি মুংশিবনা পিক থল্লী—ঐদি মুংশিবা শিবা-ভর্মী, লৌশিনবদনি ঐনা ভমদবা—মুংশিবা হাপ্পবা পাত্রদো ঐগীদি শরুক থুংবিরমত্রে মপুনা।

"খুম্বীরো, অশেংবা হায়বিরো।"

"ঐদি ব্রা কজনা হায়বনু হৈজদে, ঐগীদি হায়জরিবসিনি, ঐহাক্তী অদোম্না মুংশিবীবদা মতিক চাত্রবীনি।"

"ঐবু থাজবিত্রে, করে, ঐনা হৌজিক ঈশিং অসি পায়রুনা হাশকচরিব অসিনি—ইবেম্মনা ভসি অশেংবা খুম্বীরমত্রবদি ঐহাক খুল অসি থাদোক্নুনা চংগ্রগনি, থক্তা থোক্লিব মুমিং অমদি খুংতা পায়রিবা ঈশিং। অনি অসিনা শাক্সি ওইরসনু। পীরো অশেংবা পাউথুম হায়বীরো ঐবু মুংশিবিত্রা মুংশিবিদত্রা? খুম্মো।"

"করে খুমজরগে অশেংবা!"

অসি হায়রগা মুয়াদো সিড়িদা মখুং-শৌরুনা হৌগৎলকলে। ভত্র কোকচাওবী ফুং কাখ্রে! মকোক ভাওথ্রমাল্লে মখুং অনিনা সিড়িদা শৌরুনা মমিং উইশিন্দুনা লৈখ্রে।

মরোং চুমবা পাম্বীনা, মালংগী শাফুদা হাইনা হুম্না খাভবগুম, মপুং কায়বা মুয়াগী হকচাংবু শোয়রবা মখোড অনি অহুনা অমুকনু কোনশিনথিরুনা তুরোই ভাম্লোই পুরিবদো করম্না য়েংগনি।

জাঙ্কোদি কাখ্রে, ভত্রদি নুংগী মূর্ত্তিগুম পুথ্রীদা য়ুংহৌরে।